# ভুখ্রেদনা উজাউসে





জে এস কোন্সম

# ꯇꯨꯈ꯭ꯔꯦꯟꯗꯅꯥ ꯎꯖꯥꯎꯁꯦ

# তুখ্রেদনা উজাউসে





জে : এস: কোন্সম




ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর

ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জে লুপ

অবাং পোংশংবম

# TUKHREDANA UJAOSE

(A collection of one hundred poems by J.S. Konsam)


আফোঙবা ঃ ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর
ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে লূপ
অরাং পোৎশংবম





অইবা ঃ জে: এস: কোন্সম
খুরাই কোন্সম লৈকাই
ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুর



অহানবা ফোঙবা ঃ আগষ্ট, ২০০৭

কোপী মশিং ঃ ৫০০/-

মখুম য়েকপা ঃ লৈমহল প্রেস
খুরাই লমালোং কৈথেল

মমল ঃ ঃ লূপা ২৩০/-

নম্ফম ঃ লৈমহল প্রেস
খুরাই লম্লোং কৈথেল, উখ্রুল রোড
ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুর

# খূদোল

(অপোকপা পম্বৌ স্বর্গীয়
শ্রী কোন্সম অভিরাম সিংহগী মফমদা)



হৌবকপনা অমা, লোইশিনখিবনা অমা নীংঙমদ-নীংঙমদ তাইবং লিচৎ থাদোকপিখ্রবা নুংশিরবা অপোকপা (স্বর্গীয় শ্রী কোন্সম অভিরাম সিংহ ) ! ব্রাখলগী অরোইবা লৈতে তাকপীরম্মি, অচুম্বসু মশক নাইদে হায়বীবম্মি । 'লানবা হায়বসিনা মীওইবগীনি' — নীংশিংলকখি মতমনা লৈত্রবদা . . . . . . . . . . . . . . . মতমদো লাক্রেদো . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . মতমদো লাক্লরোইদো !!

পম্বৌগী পাউতাকনা লমজিং ওইজরগা
পম্বৌগী ব্রাখলনা কলম পায়জরগা
অঙৌবা চেবাং মপৈ-মপৈবু
মিৎফম হোংদ য়েংল-ইজখিবা
তোল্লবা নচ'ই ব্রাখলগী লৈপবেং
শৈরেং লাইরিক "তুখ্রেদনা উজাউসে"
থম্মোইগী অচেৎপা ব্রাহৈ খরসিগা
কচচরবনি অপোকপা পম্বৌগী খূয়াখাদা
হুকচরবনি ইখূৎমকনা ব্রাখলগী লৈপরেংসে
লৎনদনা লৌশিনবিয়ুকো অপোকপা !!

লৈগী লৈনম ফংনবা

লৈগী লৈশক খঙনবা

লৈশক-লৈচু খন্দোকনবা

পম্বৌগী অয়াবা লৌজরগা

খূদোলজরিবা শৈরেং লাইরিকসিদৈ

লৌখৎচরগা অমুকসু কচ্চরবনি লৈপরেংসে

ঝারে কৌবদা হায়ররোইদবী

লমহেল্লবা মচাশিংগীদমক ঝাজরিবী

তুরোয়-ঙারোয় লেপলিবী ইমাগী

পিরাংতবু শেন্নজরিবা

ঙমখৈগীদমক ঙাওজরিবা

পূক্কে-লনগৈতবু পান্নজরিবা

মপারি-মমোম খূদিংমক্কী মফমদা !!

ইম্ফাল ইষ্ট,
তাং ২২/৬/০৭ ইং

তোল্লবা নচানুপা অহল
কোঙ্গম জিলা সিংহ
(জে এস কোঙ্গম)

# ৱাফম খরদং

শান্তি লৈত্রবা খুন্নাই অসিদা অমেঙবা বসন্তগী পাউজেল পুরক্লিবা 'জিলা কোন্সম'গী শৈবেংগী লাইরিক 'তুখ্রেদনা উজাউসে' তরাম-তরাম্না ঐখোয়না ওকপা য়াই। শৈরেং ১০০ গী অকনবা ঈনোংকা লোয়ননা শাফু পীবা মখলগী মফোঙদোক অমনি । কবি 'কিটস'না খোইনীংগী খোঞ্জেলতবু মিহৈৌজখি। মদুনা ইখিবনি — 'ওড টু এ নাইটিঙ্গেল'। 'হিজম অঙাংহল'না 'খম্বা থোইবী' শৈরেং ইদুনা থন্নম্মী। মতাংসিদা ' জিলা কোন্সম'না তুংগী মীরোলগীদমক শৈরেং মখল কয়াগী গ্লোসারি অমা ইবিরম্লে হায়না লৌই ।

মাগী মাগী শক্তিগী মতমদা তোঙান-তোঙানবা মীশকশিংনা মহয় পীবিবা, পোখাফম ওইবিবা, জাতিগী  একতা ঙাক্লিবা উপাল/উজাউ অসিবু মকক-মকক ককখিদুনা হৌজিক্তি তুখ্রে কনানসু ঙাকপী-শেনবীদনা ! অদুনা কবিনা শোল্লি —

উজাউসিদৈ - . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . . /'৯০ - '০০ দা ফকখি খব - কনা কনানা ? / 'মাথোইশুবা শতাব্দিদা ফকখি খব — কনা কনানা ?/লেমহৌদবে অমতা, খাকলমদবে খিত্ত-ফাও;/ মেনশিনবিবমদববদা কবিসু ফকখিবা মফমদা / তুখ্রেদনা উজাউসে ঙসিদি !!

তোঙান-তোঙানবা 'থিম'দা অমোংপা, নমজা-নমথেক্লবা, তুহংপা, অওং-অনৈ অসিবু যেংবদা পেনদবা ময়াম অমা মখোঙ পান্দুনা মাগী শৈবেংশিংদা চোংথোকহল্লি। অপাবশিংদা উহন্নবা হোংনৈ ।

উনা উনা মিং তাংলবা তাইবংসিদা আনোক্লা করি কান্ননি থম্মোই মশক খণ্ডদ্রবদা ? পুন্নমক 'মিত্তাংবা'গা অমতনি — মিত্তাঙবনা আনোক উপ্পি /তাঙদবনসু আনোক উপ্পি /অনিমক খূৎলায় ওইনা শিজিন্নরি ॥ (লামাই ৪৩)

'রোমান্তিসিজম' কবি অমা ওইরিবা 'জিলা কোন্সম'না অৱাংবা থাক্তা অৱাবা শাফু থেংনরিবী কনাগুম্বী অমগী মরমদা 'লুখ্রাবী অমদা' মিংথোনবা শৈবেংদা কবিনা সমাজবু য়েংলদুনা ফোঙদোক্লি মাঙদা য়েংলে মহূ পুবা-পুবী/তুংদা ওল্লে মরৌ লৈবা-লৈবী/ওইদা লৈরে খোঙবান লাল্লুম্বা/য়েত্তা লৈরে অচাপোৎকুম মতিন চোরিবা /তূমিন্না অশিবগুম লৈবসু য়াদ্রবী/করম্না হিংদৌরি লাইবকথীবী লুখ্রাও !! (লামাই ৬৬)

নুপানা নুপীবু শৌগৎপিবগী মহুৎ মহূ পুবা লিনগী মতৌগুম্না নুপীবু মাঙননবা হোৎনবা অসিদনি পেন্দদুনা লাওবক্লিবসিসু ! – Poetry is an imitation of human life — 'a mirror held up to nature.' · · · · · · · · · · Poetry was designed to yield both instruction and aesthetic pleasure to the men who read it.

'জিলা কোন্সম'গী মীঙশেল অশেংবা তরু তরুবা ওইবনা মমি পূন্নমক ফজে। অদুনা হায়নীংঙি — A thing of beauty is a joy forever. লেপ্পা লৈতনা সাহিত্যগী লমদা সেবা তৌবিখো । হেন্না ফজবা খূদোলশিং লাকখিগনি কবিগী কলমদগী মথং মথং !!

বথ যাত্রা, নিংথৌকাবা
তাং ১৬/৭/০৭ ইং

রাজকুমার গুনচন্দ্র
প্রসিদেন্ট, ইমাখোল

# 'ইমাখোল'গী ৱারোল

ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে লূপ (ইমাখোল), অৱাং পোৎশংবম, ইম্ফাল ইষ্টকী সাহিত্যগী সংস্থান অসিগী ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপূরনা ১৭শুবা ওইনা ফোঙবা লাইরিক অসি 'জেঃ এসঃ কোন্সম'গী শৈরেং লাইরিক 'তুৱ্রেদনা উজাউসে' ওইনা পুথোকচরি। ফোঙদোকফম খঙদনা লৈরিবা অইবা অইবীশিংদা ইনীংবগী ৱাখল থৌনা পীদুনা, অপান্বা পোকহন্দুনা অফবা লাইরিকশিং লেপ্পা লৈতনা পুথোকপা হায়বা পান্দম অদুবু পুথোকচবিবা লাইরিক অসিনা খজিক্তং ওইরবসু মপূং ফাহল্লগনি হায়না থাজবা থমজদুনা পুথোকচবনি। 'ইমাখোল'গী মেম্বর ওইরিবা জে এস কোন্সম এক্সিক্যুটিভ ঈঞ্জিনিয়রনি। 'খুবাই কোন্সম লৈকায় ইম্ফাল ইষ্ট'তগীনি। সাহিত্যগী ওইনা 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স'না ফোঙবা অইবা অসিগী লাইরিক অসি হন্দক্কী শৈবেং লাইবিকসিনা মরিশুবনি ।

তশেংবমক্তি লৈহাও চেল্লবা ইবমদম অসিদা মথন্নতা হৌগৎচরকখিবা অইবা/অইবীশিংবু 'ইমাখোল'না শুপ্নতগী মখোঙ শোমজদুনা য়োকখৎচবখক্তনি। অদুগা অফোঙবগী মহৈ অদুনা 'ইমাখোল'না ফংজবখক্তনি। শেল মাঙবা-তোংবগী ৱাখল থাদোক্লগা মণিপূরী সাহিত্য লৈকোন্দা লৈশক লৈচু মান্নদবা লৈরাং চার খরতা ওইরবসু থাজিঞ্জনীংদুনা লেপ্পা লৈতনা ইজদুনা খূদোল তমজরক্লিবা অইবা অইবীশিংবু য়োকখৎপিয়ু, মীনুংশিগী মিৎয়েংনা য়েংবীয়ু, মখোয়গী ইনীংবগী থৌনা হাপকৎপীয়ু। ফোঙজরিবা শৈরেংগী লাইরিক আসি সাহিত্যগী লৈকোলদা লৈচল অমা ওইনা লৈশাং তম্বা ঙমহনবীয়ু, পাবীয়ু, নৈনবীয়ু, অইবশিংবু পূক্নীং থৌগৎপীয়ু হায়না খ্বায় মীয়ামগী মফমদা 'ইমাখোল'না নোল্লুক্লা খূৎশিন্নজরি ।

'ইমাখোল'না নীংজরিবদি অসিগুম্বা অইবশিং লেপ্তুনা হেনগৎলকপা ওইদুনা 'ইমাখোল'গী লাইরিক লেপ্তুনা ফোঙবা ঙমহনবীয়ু। মসিগী মেম্বরশিংগী ৱাখলদা থিংউবা ঙমদনা মখল মথেলগী মহাকাব্যা, কাবা, উপন্যাস, ড্রামা, লীলা, ৱারীমচা, ৱারেং, শৈরেংনচিংবা কয়া কয়া ঈফুৎ ওইদুনা লেপ্তুনা চেপ্তুরকহনবীয়ু । অইবা য়াম্না থোকপীরকউ। খোর্জে খৃত্তা পায়দুনা ইশিলহৌবা লেপহনবীগনু । অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা 'ইমাখোল'গী অইবা কয়া তশেংনা সাহিত্যাদা লুপ্তুনা অশৈবা অইবা হায়বা মিংথোলদু ফংহনবীয়ু। অইবগী মফমদগী ইনীংবগী পাঙ্গল হন্দনা ইননবা থৌনা পীনবীয়ু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা 'ইমাখোল'না থৌনিজরগা মীয়ামগী মফমদা য়াম্না নোল্লুক্না খৃৎশিন্নজরিবনি।

(কেশো সিংহ ইরেংবা)
সেক্রেটরি,
ইবমদম মীযামগী অপৃনবা খোর্জে লুপ
(ইমাখোল), অৱাং পোৎশংবম খুনৌ

অৱাং পোৎশংবম খুনৌ,
তাং ২০/০৭/২০০৭

# অইবনা করিবু হায়গনি

লৈগী ফজবা লৈনা খঙদবনি। নুপীগী গুণ নুপীনা লেপ্পা ঙমবা নত্তে। শৈরেংগী ফজবা, শৈরেংগী গুণ, শৈরেংগী রস অসিনচিংবা অসি কবি মশানা লেপ্পা ঙমবা নত্তে। অদুনা ঐগী শৈরেং লাইরিকসিগী মরমদা অইবা ঐনা করিসু হায়বা নৎত্রগা ফোঙদোকচবা ঙমবা নত্তে। সাহিত্যগী মরমদা করিসু খঙজদবা অইবা ঐনি। শৈরেং করিনো হংলক্লবদি ঐনা করি খুমগদৌরিবা?

হৈরবনি হায়দুনা শৈরেং ইরুবসু নত্তে। হৈগনি হায়দুনা ইরুবসু নত্তে। সাহিত্যগী মরমদা করিসু খঙজদ্রবা অইবগী মোৎতদি ইখ্রিবদু শৈরেংনি — শৈরেংগী গুণ, রস শুবা-শুদবা মদুনা তোঙানবা ৱাফম অমনি। ইনীংঙকপা মতমদা খর খর ইখিবদুনা খোমজিঞ্জরগা শৈরেং লাইরিক হায়বদু ওইখিবনি। ফোঙদোক্লীংলুবগী মরমনা — মণিপুরি সাহিত্য ইমাগী লৈকোনদা লৈরাং চার অমতং ওইরবসু হেনগৎহন্নীংদুনা ফোঙবিনবা 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স' অৱাং পোৎশংবমদা শিন্নজবনি ।।

লাইরিক অসিগী অপূনবা শক্তমগী মরমদা মশক নাইনা থোইদোকপা ৱাহে-ৱাতা হায়জনীংঙাই অমদি ফোঙদোকচনীংঙাই লৈতে। অদুবু অইবনা পঞ্জনীংবদি লাইরিক অসি মণিপুরি সাহিত্যবু নুংশিবিবা - স্কোলারশিং, অইবা-অইবীশিং, ক্রিতিকশিং, সাহিত্যকারশিং, ওজা গুরুশিং, ছাত্র-ছাত্রীশিং অসিনচিংবা পুম্নমক্কী মফমদা পাবিনবা, নৈনবিনবা অমদি অচুম-অরান, ফজবা-ফজদবা মত পীবিরক্লুবা শিন্নজরি ।।

লাইরিক অসি ফোঙননবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা খুরাই লল্লোং কৈথেল, ইমফাল ইষ্টতা লৈবা লৈমহল প্রেসকী প্রোপ্রাইটর ঐগী ইনাউ ইবুংঙো শ্রী থৌদাম কান্ত সিংহ লোয়ননা কম্পুটর পেজ মেকর তৌবিখিবা শ্রী থৌদাম শ্রীতনকুমার(নাউচা) সিংহ অমদি প্রিন্টিং কম বাইন্দিং সেক্সনদা লৈবিরিবা-লৈবিরিবীশিং পুম্নমক্কী মফমদা হান্না তোনশিঞ্জখিবা লমনগী মথক্তা অমুকসু নৌনা পুন্সিগী শিংবা ঙমলরোইদবা লমন কয়া তোনশিনজরবনি ।।

অমুকসু লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা থৌনা কয়া, লমজিং কয়া পীবিদুনা অৱাবা শরুক কয়া য়াবিখিবা 'ইমাখোল পব্লিকেসন'গী জেনেরেল সেক্রেটরি শ্রী কেশো সিংহ ইরেংবা, প্রসিদেন্ট শ্রী আর কে গুনচন্দ্র সিংহ অমসুং অতৈ মেম্বরশিং পুম্নমক্কী মফমদা পুন্সিগী ওইবা চাউরবা লমনশিংসু অইবনা তোনশিঞ্জরে ।।

ইরোই-লোইবদা লাইরিক অসি মরম কয়াদা লানখিবা — বানানদা খঙদে, ৱাহৈ-ৱাতাদা খঙদে অশোয়বশিং থেংনবিরবদি অইবা মশামক্তা নৎত্রগা 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স, অৱাং পোৎশংবম খুনৌ'দা ইরগা ওইনা নৎত্রগা পাউ ওইনা পীবিরকলবদি তরাম্না লৌজগনি অমদি মথংগী খূৎনমদা চুমথোকচগনি ।।

জে এস কোন্সম<br>ইমাখোল পব্লিকেসন্স

ইম্ফাল ইষ্ট,<br>তাং ২৫।৭।০৭ ইং

## য়াওফম তাকপা

(১)

## তুশ্নেদনা উজাউসে

মশুং অমা ফকথি কক-কক য়াল্লদুনা
নিংথৌ মচা-মশুশিংনা মাগী মতমদা
মবী-মতা মচা-মনাউমথৈ লোযনবদুনা ;
মতং অমা পুথি কক-কক যাল্লদুনা
'মোইবাং' ঙমবা অহলনা মাগী মতমদা
মবী-মতা মচা-মনাউমথৈ লোয়নবদুনা ;
মকক অমা ফকথি কক-কক য়াল্লদুনা
পাঙল ঙাকপা অহলনা মাগী মতমদা
মবী-মতা মচা-মনাউমথৈ লোয়নবদুনা ;
মচেং অমা পুথি কক-কক য়াল্লদুনা
'চীংশাংলাকপা' ওজাশিংনা মাগী মতমদা
মবী-মতা মচা-মনাউমথৈ লোযনবদুনা ;
মপাক অমা লৌথি কক-কক য়াল্লদুনা
'মযাং লাকপা' নিপানা মাগী মতমদা
মবী-মতা মচা-মনাউমথৈ লোযনবদুনা ;
মযোলমথৈ পুথি কক-কক যাল্লদুনা
'থৌবাল' পুবা তাধননসু মাগী মতমদা
মবী-মতা মচা-মনাউমথৈ লোয়নবদুনা ;
লেমহৌ-মখাক কযা লৌথি কক-কক যাল্লদুনা
থৌবুনাই কযা-কযানা মাগী মাগী মতমদা
মবী-মতা মচা-মনাউমথৈ লোযনবদুনা ।।

তুখ্রেদনা উজাউসে - সনাগী উজাউসে !
লোইবা নাইদ্রবা সনাগী উহৈ য়ানবা উজাউসে !
মশুং-মশুং ফকখিবদগী
মতৎ-মতৎ পুখিবদগী
মকক-মকক ফকখিবদগী
মচেৎ-মচেৎ পুখিবদগী
মপাক-মপাক লৌখিবদগী
মনুং মযোলমখৈ পুখিবদগী ;
তুখ্রেদনা উজাউসে - সনাগী উজাউসে !
লোইবা নাইদ্রবা সনাগী উহৈ য়ানবা উজাউসে !
লেমহৌ-মখাকমখৈ লৌখিবদগী
কক-কক যাল্লগা মখোঙদগী
কক-কক যাল্লগা মখোঙদগী
অঙম্বা খূদিংমক্লা - মাগী মাগী মতমদা
মরী-মতা খূদিংমক্লা - মাগী মাগী মতমদা
হৌখ্রবা চহী নিফু-যাঙ্খ্রেসিদা
তুখ্রেদনা উজাউসে ঙসিদি - শোয়দ্রেদা তুখ্রেদা !!

উজাউসিদৈ - সনা ওল্লবা উজাউসিদৈ
চোঙলরোই অমুক হন্না মযোল - সনাগী ময়োল
চোঙলরোই অমুক হন্না মযোল - শান্তিগী ময়োল ;
উজাউনি - সনাগী উহৈ যানবা উজাউনি
উজাউনি - কংলৈ ইমাগী অমতা ঙাইরবা উজাউনি
উজাউনি - কংলৈ জাতিগী একতা ঙাক্লিবা উজাউনি;
ঙাকলম্বনি ফৈগাক ফৈনা উজাউসিনা
কংলৈবাকপু - মীবম'চাশিংদগী, মীবান'চাশিংদগী ।।

পোত্থাখিবনি মবাং কায়রবা উরুমদা উজাউসিগী
অমসু অমসু কংলৈচা খূদিংমকনা
তম্মী'চা চীংমী'চা খূদিংমকনা
শান্তিগী বারী শাবদুনা মত্তম খিবিক্তা
নুংশিবগী ঈচেলনা কোয়শিল্লদুনা
উজাউসিগী অকোয়বদা পুমকোয়-কোয়না ॥

উজাউসিদৈ -
'৫০ - '৬০ দা ফকখি খর - কনা কনানা ?
'৬০ - '৭০ দা ফকখি খর - কনা কনানা ?
'৭০ - '৮০ দা ফকখি খর - কনা কনানা ?
'৮০ - '৯০ দা ফকখি খর - কনা কনানা ?
'৯০-'০০ গী লোইরকপদা ফকখি খব - কনা কনানা ?
'মাথোইশুবা শতাব্দিদা ফকখি খব - কনা কনানা ?
লেমহৌদবে অমতা, খাকলমদবে খিত্ত-ফাও ;
মেনশিনবিবমদববদা কবিসু ফকখিবা মফমদা
তুখ্রেদনা উজাউসে ঙসিদি - শোযদ্রেদা তুখ্রেদা ॥

অমসু-অমসু, পুম্নমক অমসু-অমসু
লোইবা লৈতবা মহৈনি কাউনখ্রবদা,
মখোঙ শোমনি নীংশিংনদ্রবদা,
তুখ্রবনি সনাগী শান্তিগী উজাউসে ।
তুখ্রবদা - ফৈগাক ফৈনা ঙাকলম্বা উজাউসিনা
লাকখিদ্রনে শান্তি অমুক হন্না
সনা-লৈবাক কংলৈবাক অসিদা ?
লাক্লবোই । লাক্লবোই । লাক্লবোই ।
লাক্লবোই শান্তি । শান্তি । শান্তি । শান্তি ॥

তাং ১৩।৬।০৭ ইং

## (২)
## উচেক

‘মৈতৈ’ -
উচেক অমগী মমিংনি
নোংমৈনা কাপ্পগা হাৎপা যাবা ;
‘কুকি’ -
উচেক অমগী মমিংনি
নোংমৈনা কাপ্পগা হাৎপা য়াবা ;
‘নাগা’ -
উচেক অমগী মমিংনি
নোংমৈনা কাপ্পগা হাৎপা য়াবা ;
‘পাঙল’ -
উচেক অমগী মমিংনি
নোংমৈনা কাপ্পগা হাৎপা যাবা ;
‘মযাং’ -
উচেক অমগী মমিংনি
নোংমৈনা কাপ্পগা হাৎপা য়াবা ॥

হাৎপা থেংনৈ শানা শাবু
চাবা থেংনৈ শানা শাবু ;
হাৎপা থেংনদে উচেকনা উচেক
চাবা থেংনদে উচেকনা উচেক ;
করিগীনো উচেকমখৈ হাৎতোক্লরিবা ?
করিগীনো উচেকমখৈ চাথোক্লরিবা ?
কাউনখ্রমানে - ‘উচেকমুক নীংতম্বা মালেমসিদা’
লৈরিবরা উচেকমুক নীংতম্বা মালেমসিদা ??

তাং ১৩।৬।০৭ ইং

(৩)

# মৃত্তিঙৈদা শায়োল্লরো লময়ানবা

মৃত্তিঙৈদা শায়োল্লরো লময়ানবা !
মৃৎলনিদা ! মৃৎকদবা মাল্লেদা !
মৃত্তিঙৈদা শায়োল্লরো লময়ানবা !!

কলেজগী কা পরেং পরেং
উফুলগী উফুল ঙাক্তা
করি কায়গেনে উফুলবু ;
লেত্রিন লৈতে - লৈনা মীদি অদুম শিজিন্নৈ
ঈশিং লৈতে - লৈনা আদা উরিসিদি
খোঙথমফম লৈতে - ফুল্লে ফুল্লে
খোঙথমফম লৈনা থম্মুদনা ঙম্নবা
ফুল্লে ! ফুল্লে ! নমথীবা মনম্না
আ: নমথীরেদা !!

ভান ভান - স্কুলগী ভান !
ভান তোংবা ফংদবা অঙাংশিংনি
পাযবক্কদৌরিসে নোংমৈ, কাপ্লক্কদৌরিসে মরু
লংঙক্কদৌরিসে বোম অমদি গ্রিনেদ
মৃৎলনিদা । মৃৎকদবা মাল্লেদা !
মৃত্তিঙৈদা শায়োল্লবো লময়ানবা !
ভোম, গ্রিনেদকী মৈনা ককপিনবা ।।

এক্তিভা এক্তিভা - ট্র্যাসনগী এক্তিভা !
মোটোর-সাইকল ! ট্র্যাসনগী মোটোব-সাইকল !
লাইরিক পাবা হৈতে, তম্মু যাদে
ভান, এক্তিভা, মোটোর-সাইকল য়াওদ্রবদি
মৃৎলনিদা ! মৃৎকদবা মাল্লেদা
মৃত্তিঙৈদা শায়োল্লরো লময়ানবা !
অনৌবা ইডুকেশন সিসটেম লিংখৎনবা ।।

মৈতৈ ময়েক ! মীতৈ ময়েক !
য়াগে য়ারোই
য়াগে য়াও, য়ারোই য়াও
য়ানবা অমদি পুরকউদনা ;
পোলিসি প্রোগ্রাম অমা তৌরগা
মূত্থৎলোদনা মীনোক চঙলবা মীয়েকসে ?
থাদোক্লোদনা মৈরি ব্লাংনা
মীয়েক্কী পূক্কেসে মহৎশিন্নবা ইয়েকনা ?
মূৎলনিদা ! মূৎকদবা মাল্লেদা !
মূত্ত্রিঙৈদা শায়োল্লরো লময়ানবা !
ইয়েকনা মীয়েক্তা তোংনবা ॥

চহী কুনদি চঙনি ইবো !
হঞ্জিন হঞ্জি শঙখ্রবা মীয়েকসে মূত্থৎপদা
পেরেলেল ইডুকেশন তৌগদবনি
পেরেলেল প্রিণ্টিং তৌগদবনি
মূৎলনিদা ! মূৎকদবা মাল্লেদা !
মূত্ত্রিঙৈদা শায়োল্লরো লময়ানবা !
পেরেলেল পোলিসি প্রোগ্রাম পুথোকপিনবা ॥

শান্তি লৈতে মাঙদা উরিবশিংসু
শান্তি ফংদে তুংদা ইন্নরিবশিংসু
লেং লেং চৎমিন্নরিবা মশেলসু
শান্তিগী পাউজেল ফংদে
য়েৎতা ওইদা লাপ্পা উরিবশিংসু
শান্তি যৌরক্কে হায়দে ;
সিভিকস সেন্সকী পাউজেল পুরদুনা
মোরেল সাইন্সকী পাউতাক্কা লোয়ননা
মূত্ত্রিঙৈদা শায়োল্লরো লময়ানবা !!

তাং ৬।১১।০৬ ইং

## (৪)
## নোং

নোং ! নোং ! নোং ! নোং !
নোংগী খেন্নবা খণ্ডসি
মফমচানা শিজিন্নসি নোং ॥

চাকখুম নোং ! - শেঙনা শোকপা য়াবা
ফুঙ্গা নোং ! - মাঙনা শোকপা য়াবা
বিজুলি নোং ! - অনৌবা নোং
মাঙঙি শেঙঙি খঙদবা নোং ;
নোংগী-চীংগী নোং - পঙউ উদে
অকিবা নোংনি - মীওইববু জয় তৌবা ঙম্বা ;
নোংগী খেন্নবা খঙসি
মফমচানা শিজিন্নসি নোং ॥

অশাউবগী নোং -
শোকফম খঙদে, লৈফম খঙদে
নোংদি নোংনি - মীওইবা সমাজবু মৃৎথৎপা ঙম্বা ;
লমন খুম্নীংবগী নোং -
নোংদা অমনি - থম্মোইদতা ওম্বা
মশা ওইনা চাকচখিবা য়াবা নোংনি ;
থম্মোইনুংদা চাক্লিবা নোং
অপাম-নুংশিগীবা, তুহৎপীবম্বগীরা
নোংহৌরক্লিবা নোংনি - মৃথৎপা ঝারদবা
নোংগী খেন্নবা খঙসি
মফমচানা শিজিন্নসি নোং ॥

## থম্মোইগী মৈ, পূক্নীংগী মৈ

কয়াম শারিগবা, কয়াম চাক্লিবা, কয়াম ওন্ত্রিগবা ;
মৈহৌরক্লিবা থম্মোইতনা, মৈবায়রক্লিবা পূক্নীংতনা
খঙগনিনে মৈশাসে, মৈচাকসে, মৈওমসে ॥

মৈ - মহাপ্রলয়গী মৈ
মহাপ্রলয়গী মৈদি
মীপায়নরবা মৈনি
মফম খূদিংগী মায়কৈ খূদিংগী
হৌরক্লিবা মৈনি শাফু কন্না
থিংবিনবা লৈরোই, খাম্বিনবা লৈরোই
পুম্মূৎ মূৎখিগদবা মৈনি মালেমসে, সৌরজগৎসে ;
মৈগী খেন্নবা খঙসি
মফমচানা শিজিন্নসি মৈ ॥

তাং ২২।১২।৯৭ ইং

(৫)

# মসি ঐগী মণিপুরনি

মসি ঐগী মণিপুরনি -
অমনা অমগী মবা লৌনদে
অমনা অমবু উশিংনদে
অমনা অমগী মরোল খঙনদে
অমনা অমবু তুক্কৎচৈ
অমনা অমবু হাৎলি
অমনা অমবু হুল্লি
অমনা অমগীদমক খনবিদে
অমনা অমদা হায়জবা ঙমদে
ফৌহাম মরক্তা ফৌহাম ঙাক্তা
অচংবদনা তীননা চীকপা !
মসি ঐগী মণিপুরনি ।।

অরংবা থম্বা য়াদবা
মঙাল উবা য়াদবা
ফজবা উবা য়াদবা
নুংশিবা লৈবা য়াদবা
য়ুমলোন্নবনা নুঙাইবা য়াদবা
থবক শুবা য়াদবা
হুমাং থোকপা যাদবা
মরৈবাক্কী খনবা য়াদবা
'ইন্টিগ্রিটি' পনবা য়াদবা
মসি ঐগী মণিপুরনি ।।

তাং ৫।৫।২০০০ ইং

## (৬)
## 'অ'দৈ

অহানবদদি অখাবী অযাকপী
অরোইবদদি অমুক্তগদি অওইবৈ ;
মরক্তসু মতুংইল্লিবা মীরক্লিনা
হাযনৈ হাযনগনবা হাযজিন্নগনবা
কথুৎ কতন কাঙবু-কাঙবুনা
করিনো, করিননো, করম্ননো, কদোমদগীনো
খঙবরা খঙদবরা খুমসিদনা ।।

'আ: আ: আ:'
শোঞ্জরিযে শোঞ্জুবা-শোঞ্জুবীশিংসে
হরাউজরিযে হনুবা হনুবীশিংসে
মশু-মচাশিংদা মিৎযেংলদুনা
পোখ্যা-পোখ্যা, পৈরপ পৈবপ
নোকচরি নহাগুম নে-নাতানা -
পুন্সিনা পুন্সিবু পুলহন্দনা ।।

ইচিংনা ইনশিল্লকপদৈ - ইঙাও ঙাওখৈ
ইরোযকুবদা ইতিংথোক্লা ইবাক্লৈ
ঈরুরবা ঈচেলদা ঈথক-ঈপোমগী
মাগী মশুংলাংনি মহাযবিবে -
ব্বারৌজরি ব্বাবৌচাউবীনদি ব্বাতাসিদা ।।

ঈথক-ঈপোম-ঈযাযদা
ঈচেল-ঈচেল-ঈচেল . . . . . .
ঈশিংগী ঈচেল্লা, ঈরাংগী ঈচেল্লা
খঙদ্রবদি, খঙফাত্তবদি খঙহৌনবা
থিজিল্লুনে থিবা-তনবা থিগন্দবশা !!

উরু উরু উংজাদা উংলিবা
চমবা মাল্লবা চাকাশিংনা
তাক্লি তমজনীংঙাইগী 'তেক্নোলোজি'
পাউখোঙগুম পারাগুম পীথোরক্লগুম
নঙোন্দমক, নখোয়দমক নৎত্রগসু
কনাগুম্বা কাঙবু-কাঙবুদা ॥

উচি-চিচিচি . . . . . . . উৎপাৎপও !
চিদৎননা চিরাবা চিরিতৎনা চগংনবা
খকুংনাক্তা খম্নদগৈ খৌশাবা
ঙাবি-ঙারাদা ঙারুনু
তথী তথী তানখায়রকচনিহৈ
হৌগৎলক্কুনা হৌদোঙ'সে ॥

'এ । এ । এ ।'
পাখৎচাউবা পঙলবা পাখংগী
থওইদ-খৌশাকদবগী খৌওংদা
মথক্তা মুকম-মুকমমিনে মীমাঙদা
শগোল শেন্নবগা শোযদুনা শেবান্নকবগী ॥

ঐনা ঐবু ঐগীনি-ঐগী নত্তে
যেলহৌঙৈদগী যেৎনবক্লিবা
ফংগদবা ফলদি ফংফাত্তবসু
মী-মচাদি মান্দেনে মখোযদু ॥

ওজাশিংনা ওখাক ওইবিবা
ফজ-ফজববা ফিদমশিং
কবম্বা কনা কনানা
নমথগদবা নতিক্লা নমজা নমথেক্কুনা
নহাক্লা, নখোযনা, নরূপশিংনা
ওইনীংবা ওইজববদা ॥

'ঔ ! ঔ ! ঔ ! ঔ ! ঔ !'
তাক্লিবদু তংতানবা
মমুৎতাহৌদ্রবনিনা মান্দ-মান্ননবা
খুমখিবনিনে খঙহৌদনা খৎলি খৎলি
তুংদা তূম্লি-তুম্লি তারিবশিংনা
'ঔ ! ঔ ! ঔ ! ঔ ! ঔ !'
শোয়রোইদা শৈতনা শাক্ষি !!

'অং ! অং । অং !'
'অং' অহুম অহুমদা
যেংশিনবিদ্রবা যুমজাউ যৌবনি
চগুমনা চাইরবা চাউরবা চাকখুমনি
খুমগে খল্লবদি খম্বরগা খুম্মুনে ।।

তাং ৩।৬।৯৫ ইং

## (৭)

# শজিক-থবা

শকফম অমনা শক্লোন অনি পুবী
মিৎফম অমনা মিৎয়েং অনি ওইবী
কোলোয় মিংলেন অনি শুবী
হো শজিক-থবা, শজিক থবা
নহাকসে করম্বা বিধিগী খূৎশেম্লো ??

করম্বা যুগকী করম্বা অবতারনো
হাযনৈ নঙবু ঙসিগী তাইবংনা
থোক্লমদাইগীনা শজিক
তারমদাইরমগীনা থবা
হো শজিক-থবা, শজিক-থবা
নহাকসে করম্বা বিধিগী খূৎশেম্লো ??

ফাইবোক্লবী থবানমিচাক্লি
শকফম অমা চৎখি
শকমান্নবী অমা হল্লকই
শকমান্নবী অমসু লৈরমই
হো শজিক-থবা, শজিক-থবা
নহাকসে কবম্বা বিধিগী খূৎশেম্লো ??

নোংঙানববু থৌগন পুবী শজিক
নুমিদাংগীনা থৌরম পুবী থবা
হো শজিক-থবা, শজিক-থবা
নহাকসে করম্বা বিধিগী খূৎশেম্লো ??

তাং ১৮।৫।৮২ ইং

(৮)

## ৱাখলগী শক্তি

লাইনা লাইবু উশিত্তে
লাইনা শেম্বা মীওইবনি ;
মীনা মীবু উশিত্তে
মীনা নীংজবা লাইনি ;
লমচৎকি অর্থ খঙসি
শাজৎকি অর্থ খঙসি
ৱাখলগী শক্তি শিজিন্নদুনা ॥

খনবা ঙম্বগী শক্তি
অরায়বনি হায়গনু
পঙখন-খনবনি নীংগনু
লমচৎকী অর্থসে, শাজৎকী অর্থসে
অরায়বা অর্থ নত্তে
থাক ৱাংখ্রবা অঙকপা অর্থনি ;
ৱাখলগী শক্তিসে
শুগায়না তাকপা ঙম্লরোইদবা শক্তিনি
শক্তিলক্তগী অথোইবা শক্তিনি
খল্লু খল্লু খল্লু খল্লু - খনবা লেপকনু ॥

ৱাখলনা লমচৎ পুরকই
ৱাখলনা শাজৎ শেম্লকই
ৱাখলনা পূক্নীং থেম্লকই
ৱাখলনা পুম্নমক লেপ্লকই
খল্লু খল্লু খল্লু খল্লু -খনবা লেপকনু ॥

খনবু খল্লবদি - হঞ্জিন হঞ্জিন খল্লবদি
রামায়ন-মহাভারততু
অচুম্বা, অশেংবা থোকখিবা ওইরক্কনি
টেলিভিজনবু ফাগীরা ?
মোবাইলবু শান্নপোৎলা ?
ইন্টরনেটপু মন্ত্র ময়োমলা ?
খল্ল-খল্লগা, খন্ন-খন্নরগা
ৱানা-ৱানা পুথোকখিবা ঙাক্তনি
ৱাখল ৱাংনা খনবা মীওইশিংনা ॥

ফাগীনা য়োন্নবা পৃথিবিদা
ফাগী নত্তবা অতৈ অমা লৈতরে
খল্লু খল্লু খল্লু খল্লু - খনবা লেপকনু ॥

ৱাখল খনবা মীওইবতনা
মিংচৎ পুরকই পৃথিবিদা
মিংচৎ লৈহৌই পৃথিবিদা
মিংচৎ খিলহৌই পৃথিবিদা
খল্লু খল্লু খল্লু খল্লু - খনবা লেপকনু ॥

তাং ৪।৩।০৭ ইং

(৯)

# নীংজবগী নীংতম্বা

নীংজবা -
নহা অহল খায়দবা নীংজবা
পুবিরি নহাক্লা পুনীংবা মফমদা ;
পুবিরে থম্মোই পানবা-পানবী খূদিংবু
নুংশি-লমদমদা, নুংশি-থৌদোক্তুদা
নীংশিং লম্বী শেম্লদুনা ॥

উহল্লিযে উজনীংবা-উজনীংবী কনাবু
নীংজবা নহাক্লা পুবিদুনা
করিদি কান্নরি, করিদি পীবিবি ?
পিবাং শিঙ্গহনবা নত্তনা
অদুবু কনানদি থিংবা ঙমগনি
নীংজবগী নীংতম্ববু ;
নীংজবগী নিঙঙাইদি লেঙদনা লৈরি
পীরক্লবসু করিনো খর
ফংলবসু করিনো খর
কবিদি কান্নবি, করিদি পীবিরি ??

যৌরকখরে উনজরে অমগা অমগা
নীংজবা নহাক্লা শিল্লদুনা
পিবাং শিঙ্গহল্লি, শিঙ্গমিন্নরি
নীংশিং মমি হাপ্লা নত্তনা
কবিদি কান্নরি, করিদি পীবিবি ?
অদুবু কনানদি থিংবা ঙমগনি
নীংজবগী নীংতম্ববু !!

মল্ল-মল্ল লৈনুংশিরিবা
কুইর-কুইর মৈচাক হাপ্লিবা
খেঙল-খেঙল ফগৎলক্লিবা থাবল
নীংশিং-নীংশিংলগা হেল্লক্লিবা ঈচেল
হো থম্মোই পানবা-পানবীশিং !
কপ্লিবরা, নোক্লিবরা ??

উনরদুনা অমগা অমগা কুইরবগী তুংদা
খুইরবা-খুইরবী মায়খোঙবু নীংশিংনরদুনা
থম্মোই-থম্মোই নৌনা খঙনৈ
মিৎয়েং মিৎয়েং নৌনা চুংশিন্নৈ
পূক্লীং পূক্লীং ইনৌ-নৌজৈ
করিদি কান্নরি, করিদি পীবিরি ?
অদুবু কনানদি খিংবা ঙমগনি
নীংজবগী নীংতম্ববু !!

তাং ৪।৩।০৭ ইং



(১০)

## অমতনি-অমখক্তনি

'ইন্দিয়া' অসি অমতনি-অমখক্তনি
অচৌবা অমখক্তনি
মচা মচা ময়াম্না পূনশিল্লগা শোন্না
অচৌবা অমখক্তনি
মোং মান্নদ্রবা মচা মচা ময়াম অমা ॥

'মণিপুর' অসি অমতনি অমখক্তনি
জাতি অমখক্তনি
মচা মচা ময়াম্না পূনশিল্লগা শোন্না
জাতি অমখক্তনি
মোং মান্নদ্রবা মচা মচা ময়াম অমা ॥

অমনা অমদা উহন্দনা
অমনা অমগী মমিত্তা
কক কক থিল্লি য়েত্নুম্না ;
অমনা অমদা খঙহন্দনা
অমনা অমগী চীনবান্দা
পীথক্লি হূ অমৃত শাদুনা ॥

অচৌবশিংদুনা তোয়না তত্তনা লাউগনি
'ইন্দিয়া অসি অমতনি'
'মণিপুর অসি অমতনি'
মকোন য়ৌখ্রগা মথন্তা অমুক খঞ্জরি
'ঐনা হায়রিসিবু চুম্লমগদরনে' ??

তাং ২৯।৩।০৭ ইং

(১১)

# ইতারোয়

অরাংবা পামেলথক্তা শাৎলিবী
মতম অমগী চান্নবী ইতারোয়
ঙসিগীনা লাপথোক্লবী ইতারোয়
ও লাইবক ফবী লৈরাংও !
হৈনা শিংনা শাৎলুকো
লৈনম্না হেনখিনি, লৈশাৎনা ৱাৎহৌনি ॥

লাইবক ফবী লৈরাংগী লৈখোঙদা শাৎচবী
হৌমিন্নজরকপী শিংথানদ্রবী লৈরাংনি ;
লৈনম ৱাৎচেদো, লৈশক শুজদেদো
লৈনম-লৈশক য়েন্ন-য়েন্ন শাৎচবীনি
য়েক্লবা কিবনা তিংখং পান্না হৌজবীনি ॥

যৌবনগী অরোইবা তাংকক্লা লাক্লবদা
পুন্সি মায়ওন লেপলবদা
অমুক্তদি নীংশিংবিরকউ, নীংশিংজরক্কে ঐহাকসু
হৈরাং হৈথা কৎনসি
লৈরাং লৈথা লৌনসি ॥

হৈরাং হৈকৎ অমনা
সরাল-ইরাল কোক্লসি
ৱারৌ-ৱাহৈ কাউনসি ;
লৈরাং লৈকৎ অমনা
পুন্সি মহৈ য়ান্নসি
হয়াউ-হয়াউ হিংনসি ॥

তাং ২৯।১১।৮৭ ইং

(১২)

# লেপখ্রবা ঈচেল

লেপখ্রে - ঙসিদি লেপখ্রে
নোংপোক ভাবতকী চিদাইদা
কংলৈপাক কৌবা লমদমদা
মণিপুরি কৌবা জাতিনা
অকনবা ঈচেল পুদুনা
তাইবং মাবু শেম্লকপদা
চাউখৎ খোঙথাং পুবকপা
লেপখ্রে - ঙসিদি লেপখ্রে ॥

লৈবক্নি অখাঙকনবী পলেমশিং
মবৈবাক নীংবা পম্ৌশিং ;
পোকখিবনি মতমদুদি মচাশিং
থৌনাফববা থৌনফববী কয়া ;
হবাউজখিবনি কংলৈ পোকপী ইমানা
নোকচখিবনি ঙমজবা পাঙ্গলনা
কিহনখিবনি মীবম'চাশিংবু
লাওথোক্কুনা মিৎস্রা অনিদো ॥

ঈচেলদুনা চেল্লিঙৈ -
পোকখিবা থৌনাফববা-ফরবী মচাশিংনা
উৎখিবনি কয়া যাম্না নুংশিবা
ইমা লৈবাক কংলৈবাকসে
মীবমচাশিংগী 'মাঙদা তোয়না তত্তনা ॥

মতমদুগী ঈচেলদো -
ঈচেলনি অকনবগী, ফজবগী, নুংশিবগী
চান্নবগী, শান্তিগী, চাউখৎপগী ;
তিনখিবনি, পূনখিবনি ঈচেলদুদা
শেংলবা ঈখেঙ কয়া
থৌনাফবা, অখাঙকনবা, মরৈবাকনীংবা মচাশিংগী ॥

শান্তিগী ঈচেলদুনা লেপত্রিঙৈ
চাউথোকচখিবনি কংলৈ পোকপী ইমানা
মতম লৈবা খিবিক্তা
মীবৈবাক'চাশিংগী মাঙদা
শান্তিগী পাউজেল পীবদুনা ;
অদুগুম্বা ঈচেল অদো
কৈদৌঙৈ চেল্লগবা, কৈদৌঙৈ উরগবা
কংলৈবাকসিগী চীং-তম অনিমক্তা ॥

হে ইমা কংলৈ পোকপী ইমা !
পীনবীবো ইমাগী আর্শিবাদ
য়েনথোকপীরো ইমাগী শক্তি ;
উৎলমলগেনে নচাশিংগী থৌনাফবা
যেংবিবোনে নচাশিংগী মমানীংবা ॥

ইমাগী মীকপ-মীবাউখোলগী পিবাংতনা
শেমখ্রবা নচাশিংগী হকচাংসে
হো ইমা । ঙসিদি ইমা !
পিরাং'মল শিংলগে ইমা !
চেলহল্লগেনে লেপখ্রবা ঈচেলদো
অমুক হন্না, অমুক নৌহৌনা ॥

তাং ২৩।৪।৭৩ ইং

# (১৩)
# তামহৌরবী তখেল্লৈ

হো তামহৌরবী তখেল্লৈ !
নীংশিংজরি তামহৌরবী নঙবু ॥

তখেল লমদম নুংশিবী
তখেল্লৈ কৌবী লৈরাংও !
পাঙজদ-কিজনা চঙজরুবা
মতমদো পূক্নীং-ইথিল অমদা
থম্মোইদা চৈনা পীরম্লে
যৌরক্লি চৈনাসে হৌজিকসু ;
হো তামহৌববী তখেল্লৈ !
তেংথাজরি তামহৌরবী নঙোন্দা -
'শিহ্ববিবা পিরাংসে করিগীনো
শিহ্বরক্লিবা লেপ্পা লৈতনা
চীংথক-চীংয়াং অসিদা লেপ্লদুনা
নিঙোল য়ুমগী মায়কৈ তম্লদুনা
করিনো ঐনা খল্লিবসে
করিনো ঐনা নীংলিবসে' ??

ঙসিদি লেপ্লদুনা চীং অসিদা
অনৌবা পুন্সিগী মমল লেপ্লি
অনৌবা ইতিহাস ইরি
হো তামহৌরবী তখেল্লৈ !
নহাক্তি করিমতা ফাউদবরা ??

নগুগী নীংশীং-পূক্কেদা
হাপচগে মমি অমতা ওইরবসু
তখেল্লৈবু খেৎচনীংবগী মমি ;
লৌশিনবিয়ুকো হাপচরিবা মমিসে
থমবিয়ুকো মমি নত্তে খন্না
থাগোন্নবিয়ুকো থবায়দা থবায়গুম
অশেংবা শক্তমনি খন্না
হো তখেল লমদমগী তখেল্লৈ !
হো তামহৌরবী তখেল্লৈ !!

লাক্লিবা পুন্সি-ঈচেলদা
উনবা থোক্লবা – উনসিকো হবাউনা
মাযথোঙ মকা লামউকো
পূক্লীং কিশি কিজবোই
পূক্লীং কিশি কিবিনুকো
হো তামহৌরবী তখেল্লৈ !!

তাং ২৪।৫।৮৭ ইং

## (১৪)
# নীংতম্বা পাম্লবদি

নীংতম্বা পাম্লবদি -
থিসি নীংতম্নবা মচাক ;
নীংতম্বা পাম্লনু শুনীংদ্রবদি
মীনাই ওইনা হিংবসু কায়দে
পোক্লনবা নচা-ইচা মীনাই ওইনা ;
লাইনীং ওইসি কন্না কন্না শুবা-নোম্বনা
ঙসিগীসু হয়েংগীসু মিৎকুপসিগীসু ।।

নীংতম্বা পাম্লবদি -
হোৎনখিসি হান্না মীথোই-মীহেন্নবা ;
ইপোৎ-ইরল খঙনা
শুসি কন্না, হোৎনসি কন্না
নৈনসি শুবগী নিয়ম
মতম মাঙদনবা, পোখোক হেন্নবা ;
কল্লক্কুমসি মীপোৎ-মীবল
লাইব-তান্নবনি, হিংননবনি মীনাই ওইনা
হোৎনসি - হিংনবা ইশাগী বিসোর্সনা
মাঙহনগুমসি অরেমবদা ইশাগী বিসোর্স
খিজিনসি ইশাগী অরোনবা বিসোর্স
হোৎনখিসি মদুগী মহৈ চানবা
ওইহনসি বিসোর্সনা নীংতম্নবগী মচাক অমা ।।

য়াদে পীথোকপা ইশাগী বিসোর্স
পুরক্কদৌরিবনি ইশাগী রিসোর্সনা
নীংতম্বা । নীংতম্বা ! নীংতম্বা ।
মরাং কায়ববা লৈবাক অমগী নীংতম্বা !
শান্তিগী মশক ওইববা নীংতম্বা ।।

থবক শুবনি মহৈ তম্বসু
থবক শুবনি বিচার্স তৌবসু ;
তঙ্খায় তূম্লগা, তঙ্খায চাবগা
শুসি কন্না, হোৎনসি কন্না
থিসি কন্না, তাশিনসি কন্না
লেপ্পা লৈতনা, অৱাবা খঙদনা
দবল-দবল দুনা-দুনা লেমহৌনবা
দবল-দবল দুনা-দুনা তোংজহৌনবা ।।

নীংতম্বা পাম্লবদি -
পৈশিনসি ইবল, তাশিনসি ইপোৎ ;
হোৎনবগী ঈচেলনা নীংতম্বা পুবক্লবদা
লৈবাক ইবাং থোক্তনবা
শান্তি লৈনা হিংনবা ।।

মীশিং য়াম্মি যেক্লবগী
নোংমৈ য়াম্মি যেক্লবগী
পাঙ্গল হেল্লি যেক্লবনা
লৌশিং হেল্লি যেক্লবনা
নীংতম্লবা থিসি মসি খঙনা ।।

খূৎলায় থাফদে হাথু-হাথু
য়েক্লবা হাৎফদে হাথু-হাথু
হল্লক্কনি খূৎ, শিগনি মীচঙ
লৈরোই শান্তি, লৈরোই শুফম
ওন্নবা য়াদে অমগা অমগা
ওন্নবা ঙম্নবতদা অমগা লিশিংগা
খূৎলায় থাসি য়েক্লবদা
খূৎলায় থাসি য়েক্লবদা ।।

নীংতম্বা পান্নবদি –
কাউগুমসি অপূনবগী পাঙ্গল ;
শক্তিনি অপূনবনা, ঈশ্বরনি অপূনবনা
লৈতবনি ঈশ্বরনা তৌবা ঙমদবা ;
ঐখোয় পূনশিল্লবরা, পূনশিন্দ্রিবরা
খঙখিসি মদু হান্না
থিদোকখিসি মদু হান্না ।।

নীংতম্নীংবগী লম্বী – নখোয়গী
নীংতম্নীংবগী লম্বী – ঐখোয়গী
নীংতম্নীংবগী লম্বী – মখোয়গী
মান্নদ্রবসু মান্নফম থোকই পম্মুংদি ।।

নখোয়গী পম্মুং করিনো ?
ঐখোয়গী পম্মুং করিনো ?
মখোয়গী পম্মুং করিনো ?
নীংতম্নবা হোৎনসি মসি খঙনা ।।

পুরকপা য়ারোই মান্নদবা পম্বুংনা
অমতা ওইবা নীংতম্বা !!
মচেৎ-মচেৎ তারবা নীংতম্বা
নত্তে - মহৈ য়ানবা নীংতম্বা
মচোয়-মচোয় হিংনখিবা নীংতম্বা
নত্তে - য়ানরবা পম্বুংগী নীংতম্বা
চৎনসি মসি খঙনা
থিসি লংলা-লংজীন মসি খঙনা
নীংতম্বা পাম্লবদি !
নীংতম্বা পাম্লবদি !!

নীংতম্বা পাম্লবদি –
শিজিন্নগদবনি য়েক্লববু নমথবা ঙম্বা শক্তিশিং
তুংশিনগদবনি য়েক্লবদগী হেনবা লৌশিং
পুথোক্কদবনি য়েক্লবদগী হেন্না কনবা পাঙ্গল
লৈগদবনি য়েক্লববু তম্মীবা ঙম্বা স্কোলারশিং
থমগদবনি য়েক্লববু মাঙহনবা ঙম্বা খূৎলায়শিং
খিনগদবনি য়েক্লবদগী ঙাকথোকপা ঙম্বা খূৎলায়শিং
মরূপ ওইগদবনি মতেং পাংনবা অতোপ্পা লৈবাকশিং
থিজিনগদবনি ঐথোয়খক্তা হিংজনবা রিসোর্সশিং ।।

তাং ২৯।৪।০৭ ইং

## (১৫)

# পায়ররোই-চিংলরোই

পায়ররোই খূত্তা তুরি
চিংলরোই অনৌবা ময়ি
শেম্নরোই শকফমসে হন্না ॥

খোয়দাজবা শক্তম অমবু
থরায়না তাবা মচুনা
তুরিগী মথৌ হাপ্পদুনা
পেনবা কৌবা লৈতনা য়েক্লবী !
হে চিত্রেশ্বরী ওইরবী !
পায়ররোই খূত্তা তুরি
চিংলরোই অনৌবা ময়ি
শেম্নরোই শকফমসে হন্না ॥

পম্লৌ পামেল মখোঙদা
চিক্লা নাইতোম শাৎলম্বী
পূক্লীং লৈকোন্দগী কেনখ্রবী
ঐগী থম্মোই লৈরাংও !
পায়ররোই খূত্তা তুরি
চিংলরোই অনৌবা ময়ি
শেম্নরোই শকফমসে হন্না ॥

নীংজ-লাংওন অমদা
শাৎলুকো লৈরাং তোমথিন্না
নুংশি-নুংশি য়েংজগে
খোয়দানা লোন্না-চিক্লা ॥

তাং ৩০।৪।৮৭ ইং

(১৬)

## ঙাওজবী

ঙাওজবীনি ঙাওজবী - ঙাওজবী নঙোন্দা
ঙাওজখিনি ঙসিসু, হযেংসু
ঙাওজনীংবগী ইথিন্না লৈবিবমখৈ
ইনীংতম্বা থম্মোইগী ঈহৌরকপা
ইখৌলাংবা ঙাওজবা পুদুনা ॥

নঙগী মায়খোঙ উব
হেন্না হেন্না খৌবাংজৈ ;
নঙগী খোঞ্জেল তাব
হেন্না হেন্না তনীকচৈ ;
নঙগী মীনোক্না চিংশিল্লি
থম্মোই অমবু থম্মোই অমদা ॥

অহেনবা পামজদে, অৱাৎপা লৈজদে
নঙতনি ঐগী থম্মোইগী মনি ;
নঙগী মীনোক অমদা
পুন্সিবু পুন্সি নৎত্রগুম কাউথোকহল্লি ;
নঙগী মিৎয়েং অমদা
পুন্সিবু পুন্সি অমগুম নীংশিংহল্লি ॥

ঙাওজগেকো পুন্সিনা লৈখা তাদ্রিঙৈ
ওইনজগেকো পূক্নীংগী আশা লৈরিঙৈ
ঙাওজবী - ঙাওজবীনা ওইরি
থম্মোইগী লেঙদ্রবা ৱাকৎ ॥

তাং ১৬।১১।৮৫ ইং

## (১৭)
# ইমা

হো ইমা ! মৈতৈ পোকপী ইমা
খুরুমজরি নচা ওইবা ঐহাকনা ॥

পীনবিরো ইমাগী থৌজাল
উহনবিরো ইমাগী মঙাল
চেলহনবিবো নচাগী শিংলীদা
থৌনাফব'ই লেপ্পবোইদবা ঈচেল
হো ইমা ! মৈতৈ পোকপী ইমা
খুরুমজরি নচা ওইবা ঐহাকনা ॥

ইমাগী মীকপ-মীবাউথোনগী
পিরাংতনা শেমখ্রবা নচাগী হকচাংসে
ঙসিদি হে ইমা !
পিরাং'মল শিংলগেনে হে ইমা !!

পীনবিরো ইমাগী থৌজাল
উহনবিরো ইমাগী মঙাল ;
থদৎলগেনে ইমাগী য়োৎত্লিং
ইমাদি অখাঙকনবীনি – কাউজদে নচানা
হো ইমা ! মৈতৈ পোকপী ইমা
খুরুমজরি নচা ওইবা ঐহাকনা ॥

তাং ৩।৭।৮৪ ইং

(১৮)

## ফেমিলি প্লান্নিং

ঐখোয় মাইনোবিটি ওইবা য়াদে ।
ঐখোয মাইনোবিটি ওইবা য়াদে ।।

ঐখোয় মাইনোবিটি ওইহনবা যাদে ।
ঐখোয মাইনোবিটি ওইহনবা যাদে ।
ঐখোয় মাইনোবিটি ওইনবা শিনবা যাদে
ঐখোয মাইনোবিটি ওইনবা শিনবা যাদে ।।

ঐখোয মেজোবিটি ওইগদবনি
ঐখোয মেজোবিটি ওইগদবনি
ইশকপু, ইশাবু, ইজাতিবু
শক-তাক্লবা মালেমগী মফম খূদিংদা ।।

ঐখোয ফেমিলি প্লান্নিং তৌগদবনি
ঐখোয ফেমিলি প্লান্নিং তৌগদবনি ;
'দো যা তীন বচ্চে বস।' ৱাহৈপবেংসে
ঐখোযগী ফেমিলি প্লান্নিংদা যাওদে ;
'ৱুই টু আৱাব টু' ৱাহৈপবেংসে
ঐখোযগী ফেমিলি প্লান্নিংনা খঙদে ।।

'ঐখোযগী ইবমদমবু ঐখোযনা ঙাকচবা
ঐখোযগী ইবমদমদা ঐখোযনা হিংজবা'
ৱাহৈশিংসে যাওবিবনি মযেক শেংনা
ঐখোযগী ফেমিলি প্লান্নিংদা ।।

ঐখোয়গী ইরমদমবু ঐখোয়না ঙাকচবা
ঐখোয়গী ইরমদমদা মীরান'চা চঙহনদবা
বাহৈশিংসে খঙবনি মমুৎ তানা
ঐখোয়গী ফেমিলি প্লান্নিংনা ॥

নঙগী ফেমিলি প্লান্নিংনা মরম ওইদুনা
ইজাতি প্লান্নিংদা অকায়বা পীরক্লবদি
নহাক য়েক্লবনি ইজাতিগী, ইবমদমগী
নহাক য়েক্লবনি ইজাতিগী, ইবমদমগী ॥

ঐখোয়গী ফেমিলি প্লান্নিংদি
ইজাতি প্লান্নিংনি ! ইজাতি প্লান্নিংনি ।
ইজাতি প্লান্নিং !
ইজাতি প্লান্নিং !
ইজাতি প্লান্নিং !
ইজাতি প্লান্নিংনা
পুরক্কদৌরিবনি মেজোরিটি প্লান্নিং !!

ঐখোয় মাইনোরিটি ওইবা য়াদে ।
ঐখোয় মাইনোরিটি ওইবা যাদে ॥

ঐখোয় মখোযগী ওইবা য়াদে
ঐখোয় মখোয়দা তিনবা য়াদে ;
ঐখোয়বু মখোযনা ঙমহনবা য়াদে
ঐখোয়বু মখোযনা নমথবা য়াদে ॥

ঐখোয় ফেমিলি প্লান্নিং তৌগদবনি
ঐখোয়গী ইজাতি মূৎতনবা
ঐখোয়না মেজোরিটি পুরক্নবা ;
ঐখোয় ইশাগী ইরৈবাক্তা
ঐখোয়না মাইনোরিটি ওইহৌদনবা
ঐখোয় ফেমিলি প্লান্নিং তৌগদবনি ॥

ঐখোয়গী মীশিং কয়ানো ?
মখোয়গী মীশিং কয়ানো ?
নহাক খঙলবরা ?
নহাক্তি ? নহাক্তি ? নহাক্তি ??

চামা পোক্লবদি চামাগী মপা ওইগনি
তরা পোক্লবদি তরাগী মপা ওইগনি
মঙা পোক্লবদি মঙাগী মপা ওইগনি
অনি পোক্লবদি অনিগী মপা ওইগনি
অমত্তং পোক্লগা -
অমগী মপা ওইবা ঙমদ্রবদি
নহাক মী নত্তে !
মী নত্তে ! মী নত্তে ! মী নত্তে !!

মচা নুংশিদবা করম্বা জীব লৈবগে
থাজদ্রগা হংঙু হৌদোংদা, হূইদা
হংনীংবা জীব অমদা হংঙু ;
নুংশিয়ুনে নচাশিংবু অতনবা থাদোক্কুনা
চামা পোকপা-পোকপী নখোযবু
তরা পোকপা-পোকপী নখোয়বু ॥

লাইবক্তা মপা অমা ওইয়ু তম্রমদ্রবা
লাইবক থীরবা নহাকসে
ওইবা তাই মপা অমা -
মী নৎত্রবা মপাগী মচাশিংদুগী
মী হেল্লবা মপা কয়াগী মচাশিংগী
ফেমিলি প্লান্নিংগীদমক
ইজাতি প্লান্নিংগীদমক
মেজোরিটি প্লান্নিংগীদমক !!

ঐখোয় করম্বা ফেমিলি প্লান্নিং তৌগনি
খঙজিনমিন্নসি
থিজিনমিন্নসি
নৈনমিন্নসি
অদুগা থবক ওহোকমিন্নসি
থবক ওহোকমিন্নসি !
থবক ওহোকমিন্নসি !
থবক ওহোকমিন্নসি !!

তাং ১৪।১।০৭ ইং

## (১৯)

## তাংজবী

শিজনীংই ননাক্তা
হিংজনীংই নকাদা
তাংজবীগী মপোক্কি
তাংজ-তাংজ হিংলেদো ॥

আশাগী মৈরি মূৎলবী তাংজবীনা
পুন্সিগী কায়দোংফম থিরকপা
কোয়শিল্লরে মাযকৈ খূদিং
মহূ চেনবা মৈরিনা ;
মৈরিসিদা চাক্তি চাকঙমদ
পুন্সিসে ৱানা খাঙলেদো ॥

ফজবনা ফজববু পামজৈদো
অথীবনা অথীববু যেংনীংদেদো
পুন্সিনা পুন্সিবু মীরাইবিরেদো
ওলাংলনি তাইবং !
তাংজবনা মথৌ ওইরবী তাংজবীগী
তাংজনবা তাংজফম পীদ্রেদো ॥

তাং ৫।১২।৮৫ ইং

(২০)

## মণিপুরি

শাগৈগী মনুংদা নাকপাক নাকপাক তাফদে
য়েককী মনুংদা শাগৈ হংফদে
জাতিগী মনুংদা য়েক হংফদে
মণিপুরগী মনুংদা জাতি হংফদে ॥

নঙনা কনানো, ঐনা কনানো
নাগা কুকি মৈতৈ মুসলিম
মিংথোন্দা খেন্নবনি - অমতনিনে
মখোয় ইমা লৈবাককী
তোঙান তোঙানবা শক্তম লৌরিবা
মচা মনাই ঙাক্তনি ॥

ঐ লাককে নঙ ঙাইরম্মু
নঙ লাকউ ঐ ঙাইরমগে
মখোয় লাকসনু, ঐখোয় ঙায়সি
নখোয় কনানো হংনগুমসি
ঐখোয় মণিপুরিনিনে ॥

তাং ১৫।৮।০৫ ইং

## (২১)

# কায়ন-খোঙচৎ

য়ৌরক্কনি পুন্সিগী কায়ন-খোঙচৎ
তেংথা-তেংথানা পুন্সিগী অৱাবা
নীংশিং-নীংশিংনা পুন্সিগী মমল
মায়কৈ খূদিং নিলহল্লদুনা ॥

পুন্সি কায়ন-খোঙচৎতা
কায়নরবা কনানা কৌরি
কায়নরবী কনাবু কায়ন-পিরাংগা লোয়ননা ॥

চৎতবদি য়ারোই শোয়দনা চৎকনি নোংমদি
পূন্সি কায়ন-খোঙচৎতা তিল্লদুনা
চৎলিনে ঐ কায়ন-খোঙচৎসিদা
কৈদৌঙৈ লোইগনি খঙদনা খোঙচৎসে ॥

খোঙচৎসিনা লোইরকপদা কায়নগনি
ইমাসু-ইপাসু, ইপুসু-ইবেনসু
ইচাসু-নুপীসু, মরূপসু-মপাঙসু
পুম্নমক কায়নগনি অমত্তা চিংথদনা ॥

তাং ২৫।১।০৭ ইং

(২২)

# নহাক কনানো

নহাক ! নহাক ! নহাক !
নহাকনা নহাকপু নুংশিজৈ
নহাকনা নহাকপু খঙজৈ
নহাকনা নহাকপু লোৎচৈ
নহাকনা নহাকপু থাজৈ
নহাকনা নহাকপু পামজৈ ॥

নহাক -
নাপলগী মশক্তি
নুংশিবগী মওংনি
আত্মাগী চঙজফমনি
পূক্নীংগী হৌরকফমনি ॥

নহাক -
কর্মদানগী মশক্তি - খূদিংমক্তা
মীহাৎপনি - লালবূংদা
থৌজালগী মশক্তি -তোল্লবশিংদা
প্রলয়গী মশক্তি - শাউরক্লবদা ॥

নহাক্কী -
করিসু লৈতে
পম্বুং লৈতে
মরীমতা লৈতে
হৌরকফম লৈতে ॥

নহাক -
লমজিংবনি - খঙদবশিংগী
নোক্লফমনি - থাজদবশিংগী
তুহৎফম্নি - অকনবশিংগী
তায়নফমনি - পেনদ্রবশিংগী ।।

নহাক -
ইমাগী পুজারিনি - মতম খিবিক্কী
শান্তিগী তুংনফমনি - নীংজবশিংগী
পুন্নমক্কী মপুনি - অখঙবশিংগী
ইমাগী মচানি - ইমা খূদিংমক্কী ।।

নহাক -
শক্তি লৈতে - লোৎশিঞ্জবনা
ভক্তি লৈতে - থাজদবশিংগী
মুক্তি লৈতে - থাজদবশিংদা
কবিমতা লৈতে - খবনা হায ।।

নহাক -
অহাঙবনি - লোইবা নাইদ্রবা অহাঙবনি
অমম্বনি - পুম্মম-মম্লবা অমম্বনি
অৱাবনি - খম-থেংনা ৱারবা অৱাবনি
ওক্তবনি - লৌখৎফম লৈত্রবা ওক্তবনি ।।

নহাক্কী -
হকচাং নহাক্কী নত্তে
আত্মা নহাক্কী নত্তে
নুংশিবা নহাক্কী নত্তে
পূক্নীং নহাক্কী নত্তে ।।

নহাক -
পাপকী মশক্লি - পাপ চেল্লবশিংগী
পুন্যগী মপুনি - মতম লৈবা খিবিক্তা
চাউই - মরীমতাদি লৈতে
পিকই - লেম-পানদি লৈ ॥

নহাকপু ! নহাকপু ! নহাকপু !
নহাকপু নীংশিংবিদে - মপান ফরিঙৈদা
নহাকপু নীংশিংবি - ৱারবা মিৎকুপতা
নহাক কনানো ?
নহাক কনানো ??

তাং ৫।৫।৯৭ ইং

(২৩)

# ইমা সরস্বতি

হে ইমা ! সরস্বতি ইমাও !
খুরুমজরি থবায়-হকচাং অনিনা !
তোল্লবা তোল্লবী নচা-ননাই ঐখোযনা
চঙজরি ইমা নঙগী খূযাখাদা ॥

শোঞ্জগে ইমাগী নিংথিবা কোলোয়বু
নুংতি-নুমিৎ অয়ুক-নুংথিল খাযদনা
ওইজগে লাইশোন ইমাগী কোলোযনা
চাবা থকপা অবা-অনা খঙদনা ;
হে ইমা ! সরস্বতি ইমাও ।
খুরুমজরি থবায-হকচাং অনিনা ॥

লৌশিংগী পাঙ্গল পীবিরিবী
কচ্চরি ইমা নঙগী খূযাখাদা
লৈরাং খূজোক খূজোকনা
লৈচন শুদে নীংবিনু ;
হে ইমা ! সরস্বতি ইমাও !
খুরুমজবি থবায়-হকচাং অনিনা !!

লৌশিং মৈবা পায়বীরিবী ইমাও !
মরুবা বাখলবু চামথোকপিরিবী
চঙজরি ইমা নঙগী খূয়াখাদা
পঙলবা পঙলবী নচা ঐখোযনা
হে ইমা । সবস্বতি ইমাও !
খুরুমজরি থবায-হকচাং অনিনা !!

অশংবা চরৈ খোল্লিবী
শান্তিগী লৈকোলবু পামজবী
পীনবিরো মহৈগী খূদোল
খিকপীরো লৌশিংগী অমৃত
হে ইমা ! সরস্বতি ইমাও !
খুরুমজরি থবায়-হকচাং অনিনা !!

লৌশিং লৈবী পীনহৈবী ইমানি
করিসু খঙজদ্রবা নচা ঐখোয়নি
পীনবিরো নচা ঐখোয়দা
ইমাগী লৌশিং-থৌনা
হে ইমা ! সরস্বতি ইমাও !
খুরুমজরি থবায়-হকচাং অনিনা !!

তাং ২২।৪।০৭ ইং

## (২৪)

# মিং

মিত্তাঙবনা আনোক উপ্নি
তাঙদবনসু আনোক উপ্নি
অনিমক খূৎলায় ওইনা শিজিন্নরি ।।

মিত্তাঙবনা চৈশু পায়
তাঙদবনসু চৈশু পায়
অনিমক খূৎলায় ওইনা শিজিন্নরি ।।

খূৎশেম অমদি প্রকৃতি
থাজ অমদি কোরৌ
অনিগী খেন্নবা লৈ
মিত্তাঙবা-তাঙদবশিংদা ।।

মঙালগীদমক চৈনা ফংলিবা মিত্তাঙবনা
চৈনা অমা পীবি তাঙদবশিংদা
'ঐসে মিং তাঙলবনি' হায়দুনা ।।

করি খেন্নবা লৈ ?
উনা উবা ঙমদ্রবা মখোযগা
অমম-অঙান খেন্নবা খঙবা ঙমদ্রবা মখোযগা
করি খেন্নবা লৈ ??

মিং - মিং অনি পাল্লি মীনা, শানা
মিং - মিং লিশিং লিশিং পাল্লি কিহোমনা
মিং - মিং মখল মখল পাল্লি আলুনা
মিং - মিং অমত্তা পাল্লি ফৌনা, গেহনা, চুজাকনা
মিং - মিং শুকপান পান্দে থরোইনা, কোঙ্গেংনা
করি করিদা খেন্নরি অমগা অমগা ??

তাং ৩১।২।২০০০ ইং

## (২৫)
# লেম্না মাঙদবনি

লেম্না মাঙদবনি -
চাখিবা পুম্নমক লেম্না মাঙদবনি
খোঙ হামথরকপা নৎত্রগসু
পূক নোযথোরকপা নৎত্রগসু
মনুংদা নূং ওলহৌবা নৎত্রগসু
থৌনাউরোমদা ওথরকপা নৎত্রগসু
মনীংলোমদা হেঞ্জিল্লকপা নৎত্রগসু
করিগুম্বা অমা হেক্তা তৌরক্কনি
লেম্না মাঙদবনি ॥

লেম্না মাঙদবনি -
তমজখিবা মহৈ-মশিং
থবক অমা ফংহৌবা নৎত্রগসু
থবক ফংহৌদ্রগনা গপ তৌরকপা নৎত্রগসু
মচা-মনাউ, মরী-মতা, মরূপ-মপাঙদা
মহৈদু তম্বিরকপা নৎত্রগসু
মহৈদু শিজিন্নদুনা মী থোন্নগা
'এন জি ও'নচিংবা তৌরকপা নৎত্রগসু
করি কান্নরিগে পুন্সিসে খন্না
নীংবা কাযনা হিংজরকপা নৎত্রগসু
করিগুম্বা অমা হেক্তা তৌরক্কনি
লেম্না মাঙদবনি ॥

লেম্না মাঙদবনি -

হৈনরুবা নিশা লেম্না মাঙদবনি

হকচাং শোকচিল্লকপা নংত্রগসু

ইমুং-মনুংগা তোয়না খংনরকপা নংত্রগসু

শরক-লমজাউদা অঙাওবগুম চংলকপা নংত্রগসু

হৌরক্লিবা মথোঙ-মরম খঙদ্রবা নহারোলদা

নিশা শিজিন্নগনু হাযবিরকপা নংত্রগসু

করিগুম্বা অমা হেক্তা তৌরক্কনি

লেম্না মাঙদবনি ॥

লেম্না মাঙদবনি -

হৈনরুবা অতনবা লেম্না মাঙদবনি

করি করিদা তল্লিবনো ?

তল্লক্লবদি মনীং-মযা চঙবা ফাওবা

লাযনা পক্লক্কনি, নারক্কনি, শিরক্কনি ;

তল্লক্লবদি খোঙহাম-ফদি পাযবা ফাওবা

নম্লক্কনি নশাদু শন'নম, ওক'নম

অদুদৈ লাযনা পক্লক্কনি, নারক্কনি, শিরক্কনি ;

তল্লক্লবদি নখূৎতু থাঙ্গৎতুনা চাবা ফাওবা

শোযদনা শোম্থরক্কনি, শিরক্কনি

লেম্না মাঙদবনি ॥

তাং ২৫।৪।০৭ ইং

(২৬)

## মানজ কনাদা ঙাওবনো

পুন্সি ঈচেল অমদা
নীংশিং রাখল মরুমদা
লোন্না থুপ্না শাৎলিবী
লৈকোন লৈরাং অথোইবী নঙবু
মানজ কনাদা ঙাওবনো ??

নুংশি-লমদম মিৎয়েংথম
নুরা-মিৎস্না তনৌ-তইং
মোংদ-হাদ মতৌদা
খোঙথাং তপ্না থাংলিবী নঙবু
মানজ কনাদা ঙাওবনো ??

মিৎযেং অমদা তাউরবী
পূক্লীং অমদা লুপ্লবী
তূমিন তূমিন নোকমিনা
নুংশিবা মতৌ উৎলিবী নঙবু
মানজ কনাদা ঙাওবনো ??

বসন্ত লৈকোনগী নুংশিরবা লৈনমদা
নিঙোল পূক্লীং পেন্না ঙাওজরিবী
মিৎস্নানা কনাবু ঙাইবগুম উরিবী
মায়থোঙনা মোমোন নোকপগুম উরিবী নঙবু
মানজ কনাদা ঙাওবনো ??

তাং ৩।৩।৮৭ ইং

(২৭)

# নেশনেল ইন্টিগ্রিটি

নেশনেল ইন্টিগ্রিটি !
নেশনেল ইন্টিগ্রিটি !
মফম মফম খূদিংদা লাউরি
দিল্লিদগী লাকপদুনা লাউরি –'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি !'
কোলকতাদগী লাকপদুনা লাউরি – 'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি !'
মুম্বাইদগী লাকপদুনা লাউরি – 'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি !'
চেনাইদগী লাকপদুনা লাউরি – 'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি !'
মণিপুরগী অচৌবনসু লাউরি –'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি !' ॥

মহুমদুদি নোংমা-নোংমগী চাউখৎলকই
'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি' লাউরম্বা মীওইশিংদো –
দিল্লিগীসু, কোলকতাগীসু, মুম্বাইগীসু, চেনাইগীসু
মণিপুরগী অচৌবশিংগীসু ;
মকোকতুদি শুগাইবিরি মখোযনা
লাইরবশিংগী, তোল্ল-তারবশিংগী
করম্না পুবক্কদৌরিবনো 'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি'
ভারতকী লৈমায়দা ! ভারতকী লৈমায়দা !!

য়েংমিন্নরুসি শোত্থহৌরবশিং –
ত্রিপুরাগী 'ধলাই দিষ্ট্রিক'তা ;
লেনমিন্নরুসি অহিং খর –
মণিপুরগী 'তমেংলোং দিষ্ট্রিক'তা ;
ৱাকৎমিন্নরুসি তৌহনজনীংবা খর –
নাগালেণ্ডগী 'ত্যুয়েনশাং দিষ্ট্রিক'তা ;

থিমিন্নরুসি অৱাৎপশিং -
অরুনাচল প্রদেশকী 'লোহিট দিষ্ট্রিক'তা ;
খনদোকমিন্নরুসি কান্নদগদবা খর -
মিজোরামগী 'ছিমটুইপুই দিষ্ট্রিক'তা
কপমিন্নরুসি লৈজদ্রবশিংদুগা মিংকুপ খর -
মেঘালয়গী 'রি-ভোই দিষ্ট্রিক'তা
শৈথামিন্নরুসি শেমগৎনীংবশিং -
আসামগী 'ধেমাজি দিষ্ট্রিক'তা ॥

ত্রিপুরাগী 'ধলাই দিষ্ট্রিক'তা -
উগনি লম্বীদা চৎলিবা
ঈরু-ফদি শেৎলদুনা
খোঙউপ য়াওদনা, চপ্পল য়াওদনা ;
অমুক্তং থম্লগা য়েংসিদনা ভারতকী কোনুংসে
'ধলাই দিষ্ট্রিক'তা চহী মঙাখক্তং
'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি' পুরক্লবা
ভারতকী লৈমায়দা । ভারতকী লৈমায়দা ॥

কাঙ ! কাঙ ! কাঙ ! . . . . . . . . . . .
কাঙ কদায়দা ফংই
ৱাংলবা তমেংলোং দিষ্ট্রিকতা ফংই
কাঙ চিকই - ফজনা চিকইবো
চৎনা চৎনা অয়ুক নুংথিলদা
করম্বা কাঙ - মেলেরিয়া য়াওরবা কাঙ ;
য়ারোইদ্রনে 'টুরিস্ট সেন্টর' শেমগৎপা
মণিপুরগী তমেংলোং দিষ্ট্রিকতা
যানিদা, য়ানিদা, য়ানিদা . . . . . . .
কৈদৌবগী শেমগৎতৌরিবা
'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি' পুরক্লবা
ভারতকী লৈমায়দা ! ভারতকী লৈমায়দা !!

'মকোকচুং ! মকোকচুং ! মকোকচুং !'
কনানা চৎনীংদোইনো, কনানা লৈনীংদোইনো
দিষ্ট্রিক অদুগী কাচিন-কোয়াদা
শেমদি শেমবিদনা, য়েংদি য়েংবিদনা ॥

লৈহাউ চেনবা মফমদা
থাসিনা লৈহাউদুগা চানবা পোৎশিং ;
লৈহাউ চেনদবা মফমদা
শেমগৎসিনা লৈহাউগা চানদবা কয়া
থবক ওহ্লোকসিনা লৈহাউনা শাউগদবা কয়া ;
'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি' পুরক্লবা
ভারতকী লৈমায়দা ! ভারতকী লৈমায়দা !!

খেন্নবদু উহল্লি অঙাংশিংদা
চহী মরি মঙাদং ঙাইরিবা অঙাংশিংদা
'গোমেন্ট স্কুল'গা 'প্রাইভেট স্কুল'গা খেন্নবা ;
লাইরবনিনা ঐখোয় ইমুংদি
ঐখোযবু থাবিরে চেং য়েনবা স্কুলদা ;
ইনাকখুনবনিনা মখারোম 'নাওবী'দি
ইনাকখুনবনিনা অৱাংলোম 'নানাও'দি
মপানা থাবিরে ভান তোংবা স্কুলদা ;
মৃৎথৎলসি 'গোমেন্ট স্কুল' নৎত্রগা 'প্রাইভেট স্কুল'
অমখক্তং থল্লসি মমি তাদনবা খেন্নবা
চহী মরি মঙাগী অঙাংশিংদা ;
অদুগা 'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি' পুরক্লবা
ভারতকী লৈমাযদা ! ভারতকী লৈমায়দা !!

নোংমৈ পায়ফম থোক্তরা - লুখ্রাবী মচাশিং
কমদৌনা হিংদৌরিবা হিংনীংনা
নোংমৈ য়াওদনা লুখ্রাবী মচাশিংনা ;
নোংমৈ পায়ফম থোক্তরা - রিক্সো ড্রাইভরগী মচাশিং
মীমান্নবা ওম্নবা - মীমাও থোক্লা হিংনবা
তুংওইনরক্কদৌরিবা মাগী পুন্সিদা
মাগী মচাশিংদা - মাগী মশুশিংদা ;
নোংমৈ পায়ফম থোক্তরা - কুলিগী মচাশিং ;
দোং দোং কাপফম থোক্তরা
কাপনীংবা পোৎশক্তুদা ;
খওলমলোই মখোয়না খেন্নবা
অশিবা অমসুং অহিংবা অনিগী খেন্নবা ॥

মীনাই ওইনা পোক্লকুবা মখোযদা
মীনাই ওইনা শিখ্রগদবা মখোয়দা
করিগী উহনবিরুরি ফজরবা ফুরা-দলাল
করিগী খওহল্লুরি টেলিভিজনগী কান্নবা
নৈরকপা তাবনি করিনো খরদি
'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি'গী মায়োক্তা ॥

'কালা বাজারী' ওইনা পোক্লকুবা মখোয়দা
'কালা বাজারী' ওইনা শিখ্রজদবা মখোয়দা
করিগী খওহল্লুরি নিশাগী মহাউ
করিগী তখীকুরি মীহাৎপগী উপায়শিং
য়েৎলকপা তাবনি করিনো খরদি
'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি'গী মায়োক্তা
অশিবা অমসুং অহিংবা অনিগী খেন্নবা ॥

মীওইববু মচিঞ্জাক ওইনা উরকপা তাবনি
চীংখোং-চীংয়াং-চীংলক্কী মবূক থন্দ্রবশিংনা
চাদ্রসু শিবা - চানবা ফংনবা হোৎনবদসু শিবা
খেন্নবা লৈফম খোক্তে মখোয়দা ॥
কনানা পুরক্কনি 'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি'
খুম্মুনে দিল্লিগী অচৌবা !
খুম্মুনে কোলকতাগী অচৌবা !
খুম্মুনে মুম্বাইগী অচৌবা !
খুম্মুনে চেনাইগী অচৌবা !
খুম্মুনে মণিপুরগী অচৌবশিং !
খুমদবা যারোই খুম্মুনে !!

কনানা শেমখি মণিপুবগী বডজেট ?
খুম্মুনে ফাইনান্সগী কমিন্নাব ।
খুম্মুনে প্লান্নিংগী কমিন্নাব ।
হাযনবা লৈকো - হায়নখিদা
শেমখিনা 'মণিপুবগী বডজেট'তি
অহিং অমদা টাইপিস্ট 'চাউবা'না ।।

যারোই 'রেডিও' দা পঙভাঙ ভাঙবনা
য়াবোই টেলিভিজনদা পঙউৎ উৎপদুনা
য়াবোই চেফোঙদা পঙই ইবদুনা
চৎমিন্নরুসি হে ভারতকী অচৌবশিং !
লেনমিন্নরুসি অহিং অমতং ওইরবসু
খাঙপোকশঙশিং অদুদা - শঙ্গোনগুন্নবা
শিষ্টমিন্নরুসিনে পিরাং থম্মোই শেংনা
'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি' পুরক্কবা
ভারতকী লৈমায়দা ! ভারতকী লৈমাযদা !!

পুরক্কনিনে 'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি'
অহিং অমদা ভারতকী লৈমায়দা
'ইলেক্সন এজেণ্ডা'না পার্টি অমা হেক্তগী !
থাজদ্রনে - থাজদ্রগা হংমিন্নসি
দিপোজিৎ মাঙলবা 'কেন্দিদেট'শিংদা !!

খঙদবনিনে -
য়েংশিনবিদ্রবা কাচিন-কোয়াগী
খাঙপোকশঙদা লৈরিবা মখোয়দি
খঙদবনিনে তশেংনা উদবনিনা
'এ সি, গিজর' য়াওই হায়বসে
অচৌবশিংনা লৈরিবা লেত্রিন্দা ;
তরা থোকপগী অমতং লৌথোকসি
অচৌবশিংগী লেত্রিনগী 'বডজেট'তগী
অদুগা শেমজিনমিন্নরসিনে খাঙপোকশঙশিং অসে।।

কয়ানো ভারতকী মোর্ডন লেত্রিন
কয়ানো ভারতকী খাঙপোকশঙ
যানি য়ানি য়াফম থোকই
'নেশনেল ইন্টিগ্রিটি' পুরকপা য়াফম থোকই
ভারতকী লৈমায়দা ! ভারতকী লৈমায়দা !
থাজদ্রনে - থাজদ্রগা হংমিন্নসি
ভারতকী অচৌবশিংগী লেত্রিনদা !!

তাং ১৭।৪।০৭ ইং

## (২৮)

## ব্রাশক

খোঞ্জেল অমত্তা কাংলরোই
ব্রাহৈ অমত্তা ইবরোই
সুব অমত্তা পাল্লবোই
ঈঙ্গিৎ অমত্তা তৌববোই -
ইমা লৈবাকপু ওল্লাংনবা
ইমা লৈবাকপু মচেৎ তাননবা
ইমা লৈবাকপু মযি চৎননবা
ইমা লৈবাকপু মীবম'চানা উশিত্তনবা
ইমাগী ইজ্জৎ শোক্লনবা ।।

শৈবেং অমত্তা ইববোই
ঈশৈ অমত্তা শক্লরোই
অঙ্ক অমত্তা হোৎলরোই
প্রমাণ-পাৈ অমত্তা তৌববোই -
ইমা লৈবাকপু ওল্লাংনবা
ইমা লৈবাকপু মচেৎ তাননবা
ইমা লৈবাকপু মযি চৎননবা
ইমা লৈবাকপু মীবম'চানা উশিত্তনবা
ইমাগী ইজ্জৎ শোক্লনবা ।।

যুম্লোন্নবদা কবিসু শন্দোক্লবোই
মক্প-মপাঙদা কবিসু হাযববোই
ইশাগী ওইজনবগীদমক কবিসু তৌববোই
জাতি-বিজাতিগী ব্রাহৈ পল্লবোই -

ইমাগী ইজ্জৎ শোক্লনবা
ইমা লৈবাকপু ওল্লাংনবা
ইমা লৈবাকপু মচেৎ তাননবা
ইমা লৈবাকপু ময়ি চৎননবা
ইমা লৈবাকপু মীরম'চানা উশিত্তনবা
ইমাগী ইজ্জৎ শোক্লনবা ।।

পুন্সিগী পাম্মূরবা পম্বুংগুম
পুন্নমকসি ঐগী লেঙদ্রবা পম্বুংনি !
পুন্নমকসি ঐগী লেঙদ্রবা ৱাশকক্লি !
ঙাক্লদবা চেৎলবা ৱাশক্লি !
কাযররোইদবা কল্লবা ৱাশক্লি !
ইমা লৈবাকপু ওল্লাংদনবা
ইমা লৈবাকপু মচেৎ তাদনবা
ইমা লৈবাকপু ময়ি চৎতনবা
ইমা লৈবাকপু মীরম'চানা উশিৎননবা
ইমাগী ইজ্জৎ শোক্তনবা ।।

নুংশিরবী পলেম কায়নজখিগে
থৱায়দগী হেল্লবী কাউজখিগে
পুন্সিগী মরূপ লাপথোকচখিগে
হকচাংগা আত্মাগা থাদোক্লজখিগে –
ইমা লৈবাকপু ওল্লাংদনবা
ইমা লৈবাকপু মচেৎ তাদনবা
ইমা লৈবাকপু ময়ি চৎতনবা
ইমা লৈবাকপু মীরম'চানা উশিৎননবা
ইমাগী ইজ্জৎ শোক্তনবা ।।

তাং ১৭।৪।০৭ ইং

(২৯)

## চয়েৎনরি অমসু অমসু

ঈশৈ কয়া শকখিনি
অচুম্বা লম্বী খিখিনি
লোইবা নাইদনা সুরনা লৈরিমথৈ
ঈশৈগী মবোলনি, সুরগী মখেলনি
অমগী মথংদা অমনি
মফাং-মফাংলবা লম্বীনি ॥

অহিংসিমসু হৌখ্রনি - ঈশৈ শক্লা শক্লা
য়ৌরক্লনি হযেংনা ঙসি ওইরদুনা
পম্পুংফমসু উদে, পল্লেপফমসু লৈতাদে
পুন্সি ঈপাকসিদা লম্মুক্লরে
অচুম্বা লম্বী খিবদা
হিংলি কৌবদা মঙাইরে ॥

অচুম্বনা কদাযনো, অরানবনা কদোমদনো
তত্তনা খিরি খঙনবা মসিবু
খঙবসু লৈতে, লংজীনসু ফংদে ;
খুদোম্বী খিল্ল-খিল্লদুনা
হাযবদি হাযরি অমসু অমসু
অচুম্বা লম্বীদা চৎলিবনি
অচুম্বা লম্বী খিরিবনি ;
অচুম্বা লম্বী খিবদা
চযেৎনরি অমসু অমসু ॥

তাং ১৬।৭।৮৯ ইং

## (৩০)

# শাৎকায়রবী থরোদা

থম্বাল লৈমন চল্লে
লৈশক-লৈচু মাঙখরে
অপোম্বী থরো ফুগায়না শাৎলে ॥

অপোম্বী থরো ওইরিঙৈ
শেন্নজৈ থরোবু থম্বালনা
নীংশিংদবরনে নহাকপু ॥

থম্বাল লৈমন চন্দ্রিঙৈ
শিন্নরমই থরোবু চেকশিন্না
খঙহৌদবরনে নহাকপু ॥

থম্বাল লৈকা ফল্লিঙৈ
পুখিবনি নুংশি-পাউ থরোনা
কাউরবরনে নহাকপু ॥

থম্বাল লৈমন চল্লকঙৈ
হেক্লীংলুবনি থরোবু ইখূৎমক্লা
যাবোইদরনে নহাকপু ॥

তাং ৭।১২।৮৮ ইং

(৩১)

# কৎথোকপনি

ঙাওজবনি য়ানীংনা থম্মোইনা
হায়বিরে নৈনমদা ঙাওবা অঙাওবা ;
শাজবনি তাজ থম্মোইগী লৈমায়দা
তাকপিরে 'মঙলানগী তাজ'নি অসুম্না ॥

খঞ্জবনি খোঙলোয়নি পুন্সি-খোঙচৎকী
ওইহনবিদরে খনবীদ-ফিরেপনা লূমখিবনা
মঙলুবনি মখল কয়াগী মঙলান
মঙফাওনবিদরে নীংজ-মঙলান অমতসু ॥

লাল্লুবনি নীংলুবনা থম্মোই খঙদনা
ওইহনবিরে নুংশি-কাদা ঙাওদ-ঙাওরবা
চেম্থমিন্নরুবনি শাগৎচরুবা পুন্সি-ঈচেলদা
হোঙহনবিরে পুন্সি-ঈচেলবু লমফাংলক্লবদা ॥

থাদোক্লবনি ঙসিদি নীংজবা পুম্বা
যৌবন-ঈচেলসে পুন্সিগী ;
নুংশি-পামেলগী শাৎকায়রবী লৈরাংও !
পাইরক্লরোই খোইমু অমুক হন্না ॥

চূরবনি থম্মোইগী নুংশি-তাজ
মৈরি ৱাংনা চাক্লবা থম্মোইনুংদা
অনুতাপ লাক্লগুমসি মৈৱায়রক্লবদা
মলোমনি খনগনু, কৎথোকপনি পুন্সিগী ॥

তাং ৮।৫।৮৮ ইং

## (৩২)

# ছাত্রশিংগী ওপসন

ছাত্রশিংগী অহানবা ওপসন -
আই এ এস, আই পি এস, আই এফ এস
আই আর এস, আই ই এস অসিনচিংবা ;
ছাত্রশিংগী মথং ওপসন -
মশক নাইবা সেন্ট্রেল সার্ভিস অমা ;
ছাত্রশিংগী মথং ওপসন -
ইঞ্জিনিয়ার, ডাক্তর, উকিল ওইহৌবা ;
ছাত্রশিংগী মথং ওপসন -
ডিফেন্স ওফিসার ওইহৌবা ;
ছাত্রশিংগী মথং ওপসন -
মশক নাইবা স্টেট সার্ভিস অমা ফংহৌবা ;
ছাত্রশিংগী মথং ওপসন -
ওফিসার নৎত্রগসু সরকারগী চাকরি ফংহৌবা ;
ছাত্রশিংগী মথং ওপসন -
নাতৈ চাবা কারবার অমা লেপচবা ;
ছাত্রশিংগী মথং ওপসন -
অচৌবা কম্পনিদা থবক অমা ফংহৌবা ;
ছাত্রশিংগী মথং ওপসন -
চারাদদি হেনদবা থবক অমা ফংহৌবা ;
ছাত্রশিংগী অরোইবা ওপসন -
লালহৌবা য়াওবা - 'দু ওর দাই' !!

তাং ১।৫।০৭ ইং

(৩৩)

# পম্বুং থিরকপদা

পম্বুং থিরকপদা -
উরকই থিজরিবা পম্বুং
ঈপাক অমগী ৱাংমদা
ঈরাক্লরে মৈগুম শারবা ঈপাকসিদা
পম্বুং য়ৌবা ঙমদনা ;
পুন্সি'ই শক্তম অমা উৎনীংলুবা
অওই-ওইদ অনিগী চাংয়েংদা
মায়থীহৌরে বন্দি ওইনা পুন্সি'সিমগী
ফাজিন-পুনশিন্দুনা থম্বিহৌরে ঈপাক্তুদা ॥

করি হায়না শৈহৌনি
করি হায়না শৈদমনি
শৈরাংলিবা পুন্সি-ঈশৈসে
পরেং অমা ফাওবা সুর পানদনা
তোক্লদরা লোইশিন্দনা ??

মাযথীহৌববু পম্বুংনি হাযরদরা ?
লানঙম-ফিরালবুনা লমখাং তারদরা ?
মায়থীহৌরবা পম্বুং
পম্বুংফম য়ৌথিদ্রবা ফিরাল
লৌজরোই অসিগুম্বা কল্পনাদি
মপোক-মপোক খূদিংদা ॥

তাং ২৭।৭।৮৪ ইং

## (৩৪)

# চঙজররোই

লানখিবনি মাঙোন্দা খঙনীংদুনা নঙবু
মীনমখিবনি নঙোন্দা খঙনীংদুনা মাবু
ৱারৌদে ৱারৌখিবা নঙনা, মানা ॥

লাল্লবনি খঙনা চঙজখিবা
ঙাকপিনি নীংনা হায়জখিবা
অরেম্বা ওইরসনু নফমদা নঙগী ॥

তোল্লবী কন্নাদা মীনমখিবা মিৎয়েং
কোক্লরোইদা কোকপীরবসু মহাক্লা
পকহৌরনিদা থম্মোইদা মীনমখিবগী মমিসে ॥

তৌজখিবা ইপাপ, লংজখিবা ইরাল
খঙবা ঙমহৌদনা ৱসঙগী মতমদা
ওইহৌরনি নীংশিং-মৈচাক পুন্সিগী ॥

মৈচাকসে - নুংশি-মৈচাক নত্তেকো
মৈচাক্নি - নীংঙমদ-মৈচাক পুন্সিগী
মৈরি ৱাংনা চাক্লিবা পুন্সিদা ॥

চঙজররোই অমুক হন্না
নঙোন্দসু, মাঙোন্দসু - পুন্সিগী
হায়জররোই নীংজবা নিজগে ॥

তাং ১৫।১০।৮৪ ইং

(৩৫)

# লাকখো লাউ

লাকখো লাউ, হল্লকখো লাউ
চৎখিনু নদোম, চৎমিন্নসি পূন্না
করিগী হৌবিরমদবনো, করিগী তাক্লমদবনো ?
মপোক-মপোক্কী ওইনা
খঞ্জবিবা ঐবু - মপোকসিদা নত্তনা ॥

চৎখ্রবদা নদোম তাক্লমদনা
লেলহৌবে পিবাংগী ঈপাকসিদা
হল্লক্রুবদা অমুক হন্না ইনাক্তা
ওইহৌরে পুন্সি - মঙলান অমগুম ॥

নীংশিংদবা লৈতে থম্মোইদা
শকচবনি কাযন-ঈশৈ তেংথাদুনা ;
পেঞ্জদবা লৈতে পূক্লীংদা
নীংজবনি তোযনা - বিধিনা তন্নমদ্রবসু ॥

কৌজৈ তত্তনা থম্মোইনা
তাবিদে করিগী - ব্রাবৌখ্রবরা
নীংশিংজৈ তত্তনা চৎখ্রবদা
যৌরক্তে করিগী ইঙ্গিৎ অমতসু ॥

অপূনবা ঈচেলগী খোঙলোয ওইখিদ্রবীও ।
ঙাইখিনি মপোক লাংওন খূদিংদা
থাজ মঙালদা তারিবা পামেল মমিদা
হংখিনি, থিখিনি কায়দোংফম খঙনবা ॥

তাং ১৫।২।৮৫ ইং

## (৩৬)
# থকসি-খাসি

থকসি-খাসি করিনো
লোনচৎ-শাজৎ করিনো
খঙদ্রবদি খঙনবা হোৎনসি
ইথক থোংবদা হংসি
ইমা-ইপাদা হংসি
অহল-লমনদা হংসি ।।

কাউগনু খুন্নাই অসি হিংলিবনি
থকসি-খাশিগী মপান্না
লমচৎ-শাজৎকী মতেংনা ;
কাউগনু খুন্নাই অসি চাউখৎলিবনি
থকসি-খাশিগী মগুন্না ।।

মাঙখ্রবনে থকসি-খাসি
মূৎখ্রবনে লমচৎ-শাজৎ
ইমা লৈবাকসিগী লৈমায়দগী
উশিল্লক্তুরে থকসি-খাসি
তারক্তুরে ফজরবা লোনচৎ-ব্রাঙাং ।।

মসিনা ওইরোইদ্রনে মরম অমা
মীনা মীবু হাৎলিবা
মীনা মীবু ফারিবা
মীনা মীবু ললোনলিবা
মীনা মীবু কিহল্লিবা ।।

মীনা মীবু ইকাইখুম্নবা
মীনা মীবু ব্যবহার তৌবা
মীদুগী অমাঙবা লৈতবনি ;
মীনা মীবু ইকাইখুম্নবদা
মীনা মীবু ব্যবহার তৌবদা
শেল তিংদবনি, অমাঙবা লৈতবনি ;
অদুদি তোংজরিবসি কনানো ??

থকসি-খাসি মাঙখ্রবদি
লোনচং শাজং মাঙখ্রবদি
ইজাতি অসি মূৎখিগদৌরবনি
খুন্নাই অসি মাঙখিগদৌরবনি ;
থকসি-খাসি খঙঙু
লোনচং শাজং তম্মু
খুন্নাই অসি চাউখৎহৌনবা
ইজাতি অসি অমব ওইহৌনবা ॥

তাং ৩০।৪।০৭ ইং

(৩৭)

## খুরুমজরি

খুরুমজরি থৱায়-হকচাং অনিনা
চঙজরি প্রভু নঙগী খূয়াখাদা ॥

লাল্লবসু ইরাল ঙাকপি'নি
চঙজবসু চঙজফম পীবি'নি ;
হৈজদে থোংলবা ৱাহৈ-ৱাতা
প্রভুনা পেনবিনবা, প্রভুনা চানবিনবা ॥

নিজরোই করিসু অথোইবা, অহেনবা
প্রভুনা পীবিবদু নত্তনা ;
পীনবিয়ু চঙজবা নুংতিগী অসুম্না
প্রভু নঙগী খূযা-চরন্দা ॥

পামজদে অহেনবা, কল্লকচদে অথোইবা
হাযজদে অহেনবা, নিজদে অথোইবা
চঙজদে কনাদা করিগী নোংমতা
প্রভু নঙগী খূযা-চরন নত্তনা ॥

শিঙ্গরি মিংলু-পিরাংসে নুংতিগী
শেংলবা থম্মোই সাগরদগী অসুম্না
চঙজনবা প্রভু নঙগী খূয়া-চরন্দা
পীবিনবা প্রভু নঙগী অনীংবা ॥

থম্মোইনুংগী শেংলবা ৱাহৈ খরসিনা
নিজরি হিংজবা পুন্সিগী ওইনা
মীকপ-মীরাউখোল য়াওদনা
অয়ো নাহে ফাউদনা ॥

ওইদবা পবেং লেংহনবিগনু
নত্তবা ৱাখল খলহনবিগনু ;
পীনবিয়ু হিংজবা ইচম-চম্না
পোথাহনবিয়ু শান্তি লৈনা পুন্সিগী ॥

হিংজনীংই প্রভু নঙগী খূযাখাদা
অসুম্না হিংজবা, অসুম্না লৈজবা
লেঞ্জনীংই প্রভু নঙগা থাগোন্ননা
চানবিয়ু প্রভু,পীনবিয়ু প্রভু
নিংজনা নিজবিবা খবসে ॥

তাং ২২।৪।০৭ ইং

(৩৮)

# লুখ্রাবী অমদা

লাইবকথীবী লুখ্রাও !

নপান-কাদা মিৎয়েং খুববী,

নবু-কাদা মিৎয়েং ইন্নরবী

নাক-যেত্তগী মিৎয়েং য়ৌরক্লরবী

য়ৌবনগী পৃক্লীং ফিরেপ নুংওল্লবী

কবম্না হিংদৌরি লাইবকথীবী লুখ্রাও !!

মাওনা নেংলে মহূ পুবা-পুবী

তুংনা ওল্লে মরৌ লৈবা-লৈবী

ওইনা লৈরে খোঙবান লাম্লুম্বা

মেতো লৈরে অচাপোৎকুম মতিন চোরিবা

তূমিন্না অশিবগুম লৈবসু য়াদ্রবী

কবম্না হিংদৌরি লাইবকথীবী লুখ্রাও !!

হিংদ'দি যাদে - হিংদি হিংনীংঙি

কবম্না হিংলি, কনাদৈ নিরি ?

মুনা মতাল মীহৌবদি নত্তে

মীনাম্নদনা য়াদে নীংনা হিংলিবী

ঐনু নীনি খল্লিবা হো লুখ্রাও !

কবম্না হিংদৌরি লাইবকথীবী লুখ্রাও !!

লৈকায় মীনোক চঙগনবী
হায়জদুনা মতেং নিরে ফংদবী
নুজা ওইবীগী ঈকাই-ঈকি মাঙলবী
পুন্সি-লম্বী মাইওন হোংলক্লবী
ৱারে কৌবদা হায়ররোই লেপথ্রবী
হো লুখ্রাও ! লাইবকথীদকো লুখ্রাও !!

মীনোক চঙফম্না মরাং কায়রবী
চিংনবা মিংয়েংনা মায়কৈ থল্লবী
কনাদা করিগী মতেং নিদ্রবী
অঙম-অথৌদগী মতেং ফংদ্রবী
চংলে চংনা ফিরেপ তাদ্রবী
হো লুখ্রাও ! লাইবকথীদকো লুখ্রাও !!

মবুংঙোগী মবুংঙো-মবেম্মশিংবু
হুমাংমলনা ঈ-মচা মচা থাক্লিবী ;
মী মরক্তা মীবু ওইহনগে থৌরাংলিবী
অনৌবা আশা কয়ানা হিংজরিবী
পাঙ্গল শোনবী নুজানি কাউখ্রেনে
হো লুখ্রাও ! লাইবকথীদকো লুখ্রাও !!

তাং ৮।১১।২০০০ ইং

(৩৯)

# যৌবন পুন্সি

কুচু মুবীনা অমনি
কুচু ঙৌবীনা অমনি
মরেপ নেম্বীনা অমনি
মরেপ ৱাংবীনা অমনি
হো হো কল্লকপনিদা
যৌবন পুন্সি কল্লকপনিদা ॥

অঙৌবী, অমুবী, অনেম্বী, অৱাংবী
খেন্নবা লৈতে যৌবন পুন্সিদা ;
থাশি, পুর্ণিমা, কালেনথা, ইংথমথা
খেন্নবা লৈতে যৌবন পুন্সিদা ;
হো হো নুঙাইবনিদা
যৌবন পুন্সি নুঙাইবনিদা ॥

য়াউশঙ থা - শাবি শানৌ থা
লাক্কনি কুমওন কুমওন
নুংশিবা ঈচেল পুদুনা
মফম শুনা ইনিন থন্না ;
হো হো পাম্মুবনিদা
যৌবন পুন্সি পাম্মুবনিদা ॥

তারমদাই কোরৌগী নামিবা নুংশিত্তা
চৎনরকঙে মায়য়োক্লরদুনা অমগা অমগা
নিঙোল শম্লাং শউম্না
পাখং থম্মোই য়ৌখিবা
হো হো ঙাওবনিদা
যৌবন পুন্সি ঙাওবনিদা ॥

ফজদবা লৈতে যৌবন পুন্সিদা
রাশি ৱাৎপা লৈতে যৌবন পুন্সিদা
নুংশিবা ঙাক্তা মনীংসু মমাঙসু
পামজবা ঙাক্তা অনকপসু অরাপ্পসু
হো হো হৱাউজবনিদা
যৌবন পুন্সি হৱাউজবনিদা ॥

মিৎচি কয়ানা শুমখিবা
মীনোক কয়ানা পূনখিবা
খোঙথাং কযাদা লুপখিবা
শাথেক কয়াদা ঙাওখিবা
হো হো চাকপনিদা
যৌবন পুন্সি চাকপনিদা ॥

তাং ৬।১০।২০০০ ইং

(৪০)

# পোৎলূম

ফাউরমগনি চৈনাখোল লোইরমদাই লৈখোক্কী
উরমগনি খুইথরক্লবী লৈরাং লৈনাশিং
খঙলমগনি পথরক্লবী লৈরাং লৈয়োন
চৎখ্রেনে মাদি তাক্লখ্বা তৌদনা ॥

লৈকোন লৈরাংনি লৈখোক লোইরবী
খঙহৌদে কনাসু - তাক্লমদে মানসু ;
থাজখিবা লৈতে অসুম্না ওইনি
চেকশিল্লুবা নত্তে কনাসু মিৎকুপতো ॥

মতমনা মফম খঙদ হৌখ্রিদৈঙে
তাইশিন্নহৌদে অরান-অহুই নোংমতসু ;
ৱারৌ ৱাহে কয়া লৈনখিবা
শেংদোক্লহৌদে মিৎকুপ খরদসু ॥

লোইখ্রে মাগীদি অৱা-মৈশাদু
লেমহৌবতনি পাপ-চেল্লবা নঙ-ঐদা
ওইরবনি লৈখোকঙমদ্রবা পুন্সি
নঙ-ঐগীদি মাবু নীংশিং নীংশিং ॥

লৈরাং চার কয়া লৈহৌরি
নীংশিংদনা চৎখ্রমানে মাদি ;
পোৎলূমদো শিন্নরম্রে নঙ ঐদা
চারগী লৈরাং শাৎলক্লবা ॥

পুদুনা চৎপা তাবনি পোলূমসে !
খাংদুনা হিংবা তাবনি পোৎলূমসে !!

তাং ১৭।৬।৮৪ ইং

---

## (৪১)

# হল্লক্লো অমুক্তদি

হল্লক্লো অমুক্তদি !
মরূপ ওইবী নঙবুও !
থৱাই ওইবী নঙবুও !!

কৌজবা তত্তনা থম্মোইনুংদা
লাক্তে করিগী ইনাক্তা
করিগী ৱারৌবনো, করিগী খুমদবনো ?
কোয়রুসি আশাগী হিনাউ তোংদুনা
পামজবা মালং নৌরেন পায়দুনা
লোইবা নাইদ্রবা মালং ঈপাক্তা
যেংমিন্নরুসি পামজবা লৈকোন কয়া
নিংথৌ তুরেল ঈপাক লান্দুনা
হল্লক্লো অমুক্তদি !
মরূপ ওইবী নঙবুও !
থৱাই ওইবী নঙবুও !!

মসিরা নুংশিবা পম্বুং যৌঙমদ্রবা
করিগী চৎকনি নদোম নথন্তা
চৎমিন্নসি মরূপ । ঐসু ইল্লক্কে
নঙনা পামজবা শান্তি লৈকোন
নঙগী খমুং-শারা লৈবাক্তুদা
শামিন্নসি আশাগী পোত্থাফম অমা ।।

নদোম তূমিন কনা খঙহন্দনা
নতারোয় নমান্নবী কনা লোয়নদনা
নোংথাংগী মঙালদা লৈচিনগী দোলাইদা
চিঁতাগী অমুবা মৈখুলক্তা চৎলিবী
হল্লক্লো অমুক্তদি থবায় ওইবী নঙবুও !!

চীংলোন কয়া লান্দুনা
লৈচিন চুমথাং মরক্তা
থবান লিশিং-লিশিংগা খূৎশম্ননা
নিংখৌ তুরেল লান্দুনা
লেপ্পাইদনা চৎলিবী নঙবু
হল্লক্লো অমুক্তদি !
মরূপ ওইবী নঙবুও !
থবাই ওইবী নঙবুও !!

বৈত্যরানি তুরেল তোবর্বান্দা
অশি-থোঙ্গাল তমদুনা
পুন্সিগী মরূপ অমবু হৌরমদনা
নদোম তূমিন মোংদ-হাংদনা
অরোইবা খোঙথাংগা লোয়ননা
লেপ্পাইদনা চৎলিবী নঙবু
হল্লক্লো অমুক্তদি !
মরূপ ওইবী নঙবুও !
থবায় ওইবী নঙবুও !!

তাং ১২।১।৮৭ ইং

(৪২)

# নীংশিংলুবদা

নীংশিংলুবদা !
পুন্সিগী কোন্নবা মিংকুপ্তা
ইদোম তুমিন লৈরিঙৈ
নীংশিংলুবদা নিঙঙাইদবী থম্মোই অম্বু
পোত্থাফম খঙদে পূক্লীংসে ॥

নিঙঙাইদবী থম্মোইনি ঐঙোন্দদি
ৱাকৎ কয়া থমখিবা মতমদুদা
ৱারোইশিনখিদে থম্মোইদুনা - খঙশিন্নখিদবরা ?
হুরান মিংয়েংদি থমখিবা নৎতরা ইফমদা ??

হৈনীংবা পোক্তে নীংশিংলুবদা
খোইরাং খোইশাউই তত্তনা
খঙই মরালদো ঐগীনি
লাঞ্জদবী থম্মোইনি থম্মোইদুদি ॥

অসুম্না লাল্লমদ্রবা পুন্সি অসে
ফংলমগনি শান্তি - পূক্লীংসে
লাল্লুবনা থম্মোই অমদা পুন্সিগী
মূৎঙমদরে মৈচাক থম্মোইনুংগী ॥

তাং ২৩।৫।৮৫ ইং

## (৪৩)
# হিংজগে ইরৈবাক্কীদমক

হিংজগে ইরৈবাক্কীদমক
মিৎকুপ অমতং ওইরবসু হেন্না ॥

হিংজগে শিজনীংদে
হিংজগে ব্রারবসু ব্রানা
হিংজগে চারা হেল্লবসু
হিংজগে লায়না চেল্লবসু
হিংজগে 'এইদস' পল্লবসু
হিংজগে ইরৈবাক্কীদমক
মিৎকুপ অমতং ওইরবসু হেন্না ॥

লানখিবা কয়া তৌখিবা
ফুগৎচগে থবক কয়ানা
পুন্যগী মশক ওইরবা ;
হায়নবদাইনে 'টু ইর ইজ হ্যমেন'
লানগে নীংনা লানখ্রবসু
লেমহৌরিবা পুন্সি অসিদি
হিংজগে ইরৈবাক্কীদমক
মিৎকুপ অমতং ওইরবসু হেন্না ॥

খৌদাবিরকউ - তৌজগে ইরৈবাক্কীদমক
খঙহনবিরকউ - শন্দোকচগে ইরৈবাক্কীদমক
হায়বিরকউ - তাশিঞ্জগে ইরৈবাক্কীদমক
পীবিরকউ - লৌশিঞ্জগে ইরৈবাক্কীদমক
হিংজগে ইরৈবাক্কীদমক
মিৎকুপ অমতং ওইরবসু হেন্না ॥

ইরৈবাক্কী য়াইফনববু ওইরবদি -
মৈদা চোংশিল্লু চোংশিঞ্জগে
ঈরৈ কল্লবা ঈপাক লানজগে
শোংলবা উমং-ৱামং ফাওজগে
চাউরবা চীংজাউসু পুজগে
কল্লবা ঈচেলসু খিংজগে ;
অদুম ওইনমক -
হিংজগে ইরৈবাক্কীদমক
মিৎকুপ অমতং ওইরবসু হেন্না ॥

ইরৈবাক্কা মূৎলোইদবা ওইরবদি
হূ থকউ থকচগে
মী হাৎলু হাৎচগে
মৈ থাউ থাজগে
খৌদানীংবা খৌদারকউ ইরৈবাক্কীদমক
পুন্নমক পাংথোকচগে ইরৈবাক্কীদমক
অদুম ওইনমক -
হিংজগে ইরৈবাক্কীদমক
মিৎকুপ অমতং ওইববসু হেন্না ॥

তাং ২৮।৪।০৭ ইং

## (৪৪)
# মৈশা লাংলবীদা

ইচিক-চিক্লবা অহিংসিগী
ইংনা লিরি লিরি হুদ্রিবা
মালংবগী তাহা নাইরবা শউমদা
য়াউরি শান্তিদবু পামজবীশিং মরক্তে
থম্মোই মৈশা লাংলবী অমদি ॥

লৈতাদরবী নুংনাংনরবী থম্মোইনা
থিরি শান্তিগী লৈকোন
পান্দ্রি পূক্লীংগী পেন্নফম
হংলি থম্মোইগী পোত্থাফম ;
ফংলরোই শান্তিগী লৈকোন
লাক্লরোই পূক্লিংগী পেন্নফম
য়ৌরক্লরোই থম্মোইগী পোত্থাফম ॥

লৈনাগুম থোৎলবী থম্মোই
নূংগুম কনখি মতম অমদা
মাগীনি খনখি অউ-অউবা
লান্না উখি নুংশিবগী মশক
অথোই অহেন খিখি অপাম-নুংশিদা
ঙাওখি মঙলানদা, পোঙখি মশেক্তা
মীঙমদ-পাঙজখিদ্রবা কনাগীদি
মথৌ ওইরি পুন্সিগী মাবু শোজ্বনা ॥

তাং ১১।৭।৮৪ ইং

## (৪৫)

# য়ারোইনে লাকখো

হুম হুম তূমথরো
পারি মনি মতুমও !
শুম্লগে পারি নঙবু
তূমথরো - হুম হুম তূমথরো ॥

পারি মনি মমানা
পারি কুমজা কুমওনদ্রিদৈঙে
পারি নঙবু শুমখিগুম
শুম্লগে পারি নঙবু
তূমথরো - হুম হুম তূমথরো ॥

পারি খূত্তৈ লৌরগা
নাহোং শেগা থোংখিবা
অদুদৈঙে শকমিন্নখিবা ঈশৈনা
শুম্লগে পারি নঙবু
তূমথরো - হুম হুম তূমথরো ॥

করম্বা বিধিগী খূৎশেমনো
কায়নখিনে মনিগা মমাগা
অরোইবা ওইরবরা নঙবু
লাকখো, 'য়ারোইনে লাকখো' ॥

তাং ১৬।৯।৮৫ ইং

## (৪৬)

# তর্পন

সনাগী ফিরাংজি মথক্তা
লুপাগী ফিজোল শেত্নুনা
ঙাইরম্মু পুন্সি-লম্বীদা
কুন্দো পরেং পায়দুনা
তোর্ব্বান অমদা লেপ্লদুনা ;
য়ৌরক্কনি থাবল ফিজোলদা
ব্রাংমদগী ঈপাক লাল্লদুনা
কুন্দো পরেং হুক্লনবা ॥

ঙাইখিবনি পুর্নিমা থাজনা থোক্লকপা
ফম্লদুনা অহিং চুপ্পা তোর্ব্বানসিদা
মালেম শিষ্ণুংনা ঙাল্লিবা
পুর্নিমা থাজগী মঙালদা
য়ৌখিনবা থম্মোইগী পাউদমসে
নীংজবা কনাগী মফমদা ॥

নীংজ তাক্কক অমদা
নুংশি ভিক্ষা হাপ্লিনবা
কৎলবনি নুংশি-তর্পন
পুন্সি-ঈচেল ঈপাকসিদা
লৌশিনবিয়ু লৎনদনা তর্পনসে ॥

তাং ১।১১।৮৪ ইং

## (৪৭)

# ৱাংময-ৱাংমদা

ঈরেমখাক্কি হায় তাইবংনা
শামিন ফংদে, খুদম উদে
পণ্ডিৎ-মায়চৌগী ৱাহৈদা
শোলহৈদে, পলহৈদে হায়নে নঙবু ॥

ইনাউনি লীখি, তমখি পলেম-পশ্লৌনা
উবা ফংদে, শোকপা ফাউদে
কৈরোয়-লৈকায়গী চৎনবী ৱাহৈদা
শোলহৈদে, পলহৈদে হাযনে নঙবু ॥

নঙগী চেংলৌ শকফম লাকশিন'ঙমদে
নঙগী য়াৱা খোঞ্জেল তা'ঙমদে
নঙগী কোলোয মিংলেন খঙখিদে
শেমজবা নত্তনা শেমজরিবা শকফমসে ॥

শেমজরি নঙগী শকফম অমা
লৌবিয়ুকো লাল্ল'সু শেমজরিবা শকফমসে
পেঞ্জ'দ্রসু পেল্লে নীংনা পেনবিরো
য়াজ'দ্রসু য়ারে নীংনা য়াবিরো ॥

মৈশা-মৈরিনা ৱায়খিদে হায
খোৎলবা নৌরিবা হকচাংনি হায়
ঐগী ইনাউ ইবুংঙো নুংশিবা !
পোকমিন্নবা থংনবা ইনাউনি নহাক !!

নীংশিংবা ঙমখিদে করিমতা
লৈরমবৈ হিংলমবৈ ইমুং অমতদা
শেমগৎচরিসে শাগৎচরিসে অচুমবরনে ?
শক্তম অসিবু অচুমবরনে ??

নপোক-নপোক খায়দোকপিরে
ঝাংমা-ঝাংমদা লৈহনবিরে ঈচেল অমগী
য়েংই উদে, য়েংলি শকফমসিদা
মিংলেন ফান্না কৌগেকো - 'ইনাউ ইবুংঙো' ॥

তাং ৪।৯।৯৬ ইং

(৪৮)

# ক্যিয়ু

শাংখ্রবা ক্যিয়ু অমনি
কৈদৌঙৈ লোইগনি খঙদ্রবা
পুন্সিগী শাংখ্রবা ক্যিয়ুনি !
'মলটি পবপোজ সিঙ্গল ৱিনদো' ওইরবা
কাউন্টব' অসিগী ক্যিয়ু অসিদা লেপলি ঐ -
ঐগী পালিগীদমক ॥

পুন্সিগী ক্যিয়ুনি ।
কৈদৌঙৈ লোইগনি খঙদ্রবা
পুন্সিগী শাংখ্রবা ক্যিয়ুনি ।
কবিগুম্বা খবগীদমক ক্যিয়ু অসিদা
লেপলিবনি ঐহাক নঙগীদমক
নঙগীদমক । নঙগীদমক । নঙগীদমক ॥

যৌবল্লবদা ঐগী পালি
শোযদনা নিজগনি নফমদা
নীংজকবগী নীংজমল - খঞ্জকবগী খঞ্জমল ॥

অতোপ্পা কনা নঙগুম্না
ফাউদেনে, তাদেনে থম্মোইদা
শাংলবা ক্যিয়ু অসিদা
লেপলিবনি ঐহাক নঙগীদমক
নঙগীদমক । নঙগীদমক । নঙগীদমক ॥

তাং ১৩।৬।০৭ ইং

## (৪৯)

# পারসেন্ট

জাতি অমগী মমিংনি - 'পারসেন্ট'
ওইরম্বসু য়াই 'পারসেন্ট' -
জাতি অদুগী মী অমগী মমিং ;
মখোয়গী, মহাক্কী শেম্বোক্কী চাংনি - 'টেন পারসেন্ট'
ওইবা য়াই করিগুম্বদসু 'টু পারসেন্ট'
ওইনীংবা 'পারসেন্ট ওই' - মতম মতমগী ॥

চহীগী, থাগী, নোংমগী ওইবা য়াই
'টেন পারসেন্ট'সি, 'টু পারসেন্ট'সি
মিৎকুপ খরগীসু ওইবা য়াই
'টেন পারসেন্ট'সি, 'টু পারসেন্ট'সি ;
থুনা থুনা ফংলগা 'টেন পারসেন্ট'
থুনা থুনা হৌরকই - ইরাং
মশিং জর-জর হেনগৎলকই
মরী-মতা চাউখৎলকই 'পারসেন্ট' ;
তপ্না-তপ্না ফংলগা 'টেন পারসেন্ট'
তপ্না-তপ্না তারকই - পাউ
কিহল্লকপগী পাউ, কৌরকপগী পাউ
ফাজিনখিবগী পাউ, হাৎতোকখিবগী পাউ ;
শেল কোন্নদবনা মরম ওইদুনা
জাতি অদুগী মখোয়-মশেনমখৈ
জাতি অদুগী মরী-মতামখৈ
জাতি অদুগী মচিন-মনাউমখৈ ॥

করিগুম্বা মতমদসু মুন্নরকই 'পারসেন্ট'
ঐগীনি ঐগীনি হায়দুনা
'পারসেন্ট'না শাউই, বারৌই, মৈ হৌরকই
মগুন অমদি পম্বুং শোম্বহল্লি হায়দুনা
মজাতিগীদমক য়েংদুনা, মজাতিগীদমক খন্দুনা ॥

জাতি ময়াম পূনশিন্নবা হোৎনৈ 'পারসেন্ট'না
জাতি ময়াম খায়দোক্লবা হোৎনৈ 'পারসেন্ট'না
শিখিবসু কোঙ্গায়নি, ফাজিনখিবসু থিঙমদবনি
পান্দমসিবু ফংনবা হোৎনবদা
পান্দমসিবু ফংখিদরা হংলি পূক্নীংদা
তোযনা তোযনা অমসু অমসু
জাতি অদুগী নক্লবা জাতিশিংনা ॥

'পারসেন্ট' ! 'পারসেন্ট' ! 'পারসেন্ট' !
'পারসেন্ট' কযাগী কয়াগী বাথোক
লোইশিনবা ঙমদ্রবা বাথোক্লি
কৈদৌঙৈ লোইগনি বাথোকসে
তংদু লৈতারবা পুন্সি লাক্লবা
জাতিশিংলক্তা শান্তি পুরক্লবা ॥

তাং ১৭।৪।০৭ ইং

(৫০)

# ইমাগী নুংশিবা

ইমা ! ইমা ! ইমা !
ইমাদগী হেনবা করি লৈরিবগে ?
কোরৌ মানা ৱাংবরা
পলেম ইপানা মৱাংই ;
মালেম মানা লূম্বরা
পম্বৌ ইমানা মরূম্মি ॥

ইমা !
ৱারক্লবা মতমদা
ইমাতনি পোত্থাফম পীবিরিবা
পোত্থাফম খণ্ড্রবা আত্মা খূদিংবু ॥

চঙজবসু ইমা নঙোন্দনি
ওইনজবসু ইমা নঙোন্দনি
ৱারৌজবসু ইমা নঙোন্দনি
থেমবিবসু ইমা নহাকতনি ॥

ইমা ! পোক্লফম ইমা !
থা তরা নাউকোনখিবী ইমা !
নাউয়োক-নাউতম্বীরকপী ইমা !
নুংশিরবা মরূপকী ইমা !
নুংশিরবী চান্নবীগী ইমা !
নুংশিরবা শাগৈ-নাতৈগী ইমা !
নুংশিরবা জাতি কয়া-কয়াগী ইমা !
কৌজগেকো ইমা নঙবু হন্না হন্না -
"ইমা ! ইমা ! ইমা !!"

খেন্নবা লৈতে ঐঙোন্দদি
ইমা অমখক্তনি ঐঙোন্দদি
ইমা ! ইমা ! ইমা !
নহাক্তনি ঐবু লমজিংবিবা !
নহাক্তনি ঐবু কৌশিনবিবা !
নহাক্তনি ঐবু নাউকোনবিবা !
নহাক্তনি ঐবু নাউশুম্বিবা !
নহাক্তনি ঐবু পোত্থাহনবিবা !
নহাক্তনি ঐবু থাগোন্নবিবা !
নহাক্তনি ঐবু নুংশিবিবা
নহাক্তনি ঐবু মঙফাউনহনবিবা ।
নহাক্তনি ঐবু চৈবিবা !
নহাক্তনি ঐবু মিৎ পাংহনবিবা !
নহাক্তনি ঐবু চামথোকপীরিবা
পুন্যগী ঈচেলদা মোৎলবা পাপশিংবু !!

ইমাদগী হেনবা করি লৈরিবগে
লৈ ।- লৈনা ইমাদগী হেনবা !
ইমাদগী হেল্লিবদি - ইমাগী নুংশিবদুনি !!

তাং ৩।৩।০৭ ইং

## (৫১)

# মীয়ামসিগী মরক্তা

মীয়ামসিগী মরক্তা
থম্মোই অহম চিংনরী ॥

পাময়জবা কনানা ঙাওজবী মায়থোঙ অমবু
ঙাওজরবী মায়থোঙনা নহাকপু ;
লুপচরবসু নহাক্তা কথোকখ্রবী কনাদা
উগন্দবা, খঙগন্দবা থম্মোই নঙগী
করি থম্মোই কৌবনো ??

য়েংজরি কল্লকপা কনানা
তনৌজরবী মায়থোঙ অমবু
য়েংজরি তনৌবী মায়থোঙনা
নহাক্কী মায়থোঙবু থরায় তানা
লুপচরবসু নহাক্তা কথোকখ্রবী কনাদা
উগন্দবা, খঙগন্দবা থম্মোই নঙগী
করি থম্মোই কৌবনো ??

ঙকচরবা মহাক্তা মথন্তা হংজরি -
'শকখঙদবা নহাকপু কনানো করিনো ?'
লুপচরবসু নহাক্তা কথোকখ্রবী কনাদা
উগন্দবা, খঙগন্দবা থম্মোই নঙগী
করি থম্মোই কৌবনো ??

য়েংজরি হঞ্জিন হঞ্জিন ৱারৌনা
ঙাওজরবী, তনৌজরবী মায়থোঙসিদা ;
য়েংজরি ঙকপা মথৈ য়ৌনা
মহাক্তা নঙোন্দা, নুজা ওইবীদা ;
তারি নীংঙমদবৈ মমি ॥

তাং ৩০।১১।৯৩ ইং

## (৫২)

# পুর

মণি মাঙখ্রবা মণিপুর – 'পুর'
মণিগী মহত্তা বন্দনা শিল্লবা মণিপুর – 'বন্দপুর'
বন্দ তৌদ্রগনা মীহাৎ-মীপুননা লেংলবা মণিপুর –'হাৎনপুর'
হাৎনদ্রগনা কাপ্পরিবা মণিপুর – 'কাপ্পপুর'
কাপ্পরিঙৈ মৈ ফংদদুনা মন্নবা মণিপুর – 'মন্নপুর'
অমম্বদা ইরাং লাংদুনতা লৈরবা মণিপুর – 'ইরাংপুর'
অমা নৎত্রগা অমা হেক্তা থোক্লবা মণিপুর – 'হেক্তপুর'
নিশানা য়োম্লবা মণিপুর – 'নিশাপুর'
গুলিনা পৈরবা মণিপুর – 'গুলিপুর'
যেংলু-যেংলুবদা নোংমৈতা উরবা মণিপুর –'নোংমৈপুর'
শেঞ্জা-থুমজানা থল্লবা মণিপুর – 'শেঞ্জাপুর'
লাইরবা-লৈতবনা থল্লবা মণিপুর – 'লাইরপুর'
মথোঙ-মরম খঙদ্রবা মণিপুর – 'খঙদ্রপুর' ।।

করম্বনো অমদি মিংথোল্লসি মণিপুরগী মহত্তা
মদুনা পকচরনিদা নখোয়-ঐখোয়গী মণিপুরসে !!

তাং ১০।২।০৭ ইং

## (৫৩)

# পোৎফম

পোৎফম -

লাপ্লা লাপ্লা ফম্নরিবা পোৎফম !

ব্বারী শাবা তানদনবা

লাপ্লা লাপ্লা ফম্নরিবা পোৎফম !

বস পার্কিং ময়াদা

লাপ্লা লাপ্লা ফম্নরিবা পোৎফম !!

করিগীনো লাপ্লা লাপ্লা ফম্নরিবা পোৎফমশিংসে !

হংনীংবা অমা ফাউই ;

হংলসিরা খন্না খন্না

নোংমদি চঙশিল্লুই

রাশি লৈবী নহা অমগী পোৎফমদা

'জর্দা ক্বা অমা পীয়ু' হায়রদুনা

ক্বাসু চাদবা ঐনা ।।

শেল থাদ-থাদনা

হংবু হংলুইনে ব্বাফমদুমক ;

খুন্নকই মিৎচি লৈনা তইং-তইংনা -

'পোৎ শিংতেয়ে নকুনা ফম্নরদি' ।।

তাং ১৭।৬।০৭ ইং

## (৫৪)

# অঙাওবী

অঙাওবী কৌগে নঙবু
অঙাওবা ঐগী অঙাওবী ।।

ঐদি অঙাওবনি, নঙোন্দা ঙাওজবনি
নঙসু অঙাওবীনি ইফমদদি
চেনবা লোৎপা য়ারোই অঙাওবীগুম
খোঙ্গুল লিরক্কনি অঙাওবা ঐনা ।।

ঐগী ৱাকৎ-ৱাহৈ কয়াদা
করিগুম্বদা মাই-ঙম্মোই হায়গনু ;
অদুম্না হাযরম্লবা কায়গনিকো
মচেৎ তানা ঐগী থম্মোই ।।

চৎলু নঙনা চৎনীংবা মফমদা
ইন্নরক্কনি নতুং জগোয় শানা ;
শকউ নঙনা শকনীংবা ঈশৈ
খোংলক্কনি বাঁসি মিরবা সুরদা ।।

কপকনু নহাক, কপ্লবদি কপকনি ঐসু
মিৎলু পিরাং খমদ্রিফাওবা ;
নোকউ নহাক নোক্কে ঐসু
নতুং ইন্না - মোমোন মীনোক্লনা ।।

তাং ১২।১।৮৭ ইং

(৫৫)

## ব্রারৌনগুমসিকো

ব্রারৌনগুমসিকো হো তামহৌরবী
চিংনৈনে - অমুক হন্না উনররোই !!

নঙগী খূদোল লিক্লাং পরেং
মমল লেপতে লৈরি-ঙাল্লরি
ঐগী নাক্তা পুন্সিগী ওইনা
শক্তমদা শক্তমগুম - মিৎকুপসিদা ॥

নঙগী শক্তম ওল্লবী
নঙগী নুংশি খুদোল
লাচ্চরি ঐগী থম্মোইনুংদা
নহাক্তা নহাক্কুম খন্না পুন্সিগী ॥

হো লানজদ্রবী পঙলবী লাইরবী !
বিধিনা থীনা তল্লম্মোইদা
পুন্সিগী কায়নরমদাই মিৎকুপতসু
উনজদুনা বিদায় পীরমদ্রেদো !
ব্রারৌনগুমসিকো হো তামহৌরবী
চিংনৈনে - অমুক হন্না উনররোই !!

ব্রারৌনগুমসিকো হো তামহৌরবী
মিৎয়েং থমজরি চীংলোন কয়া লান্না
নোংচুপ মায়গৈ ওল্লদুনা
উরি - উরিনে শক্তমসে
লিক্লাং পরেংদা তিল্লদুনা
ব্রারৌনগুমসিকো হো তামহৌরবী
চিংনৈনে - অমুক হন্না উনররোই !!

তাং ৭।৭।৮৭ ইং

# (৫৬)

# অসিনচিংবা

হাপ্পিরক্কদবনি বাইওদাটা
শগ্ম মশিং, দাকফম মশিং
হৈনবী মশিং-মমিং, বেস্ট চোইস
চান্নবা মরূপকী মিংশিং
পামজবা মচুশিং, মশকশিং
উবদা হাক্কজগদবা পোৎলমশিং
অসিনচিংবা . . . . . . . . . . . . . ॥

ইবিরক্কদবনি শুগাযনা অদোম্না
তৌরুবা পাপশিং, মাংলুবা পূকচেলশিং
লাল্লুবা ৱাখলশিং, পুন্যগী খূদোলশিং
মীনমখিবশিং,  হুরান-মিৎয়েংশিং
নীংঙমদবা মিৎকুপশিং, নুংঙাইখিবা পূংজাশিং
অসিনচিংবা . . . . . . . . . . . . . ॥

'অসিনচিংবা' হায়বা ৱাহৈসে লৈরমদ্রবদি
ৱারমগনিদা মীওইবা লোইশিন্নবা হোৎনবদা !
তাক্কক অমা নৎত্রগা দিস্ক্রীপশন অমা
ৱারী অমা নৎত্রগা থৌদোক অমা
নৎত্রগা . . . . . . নৎত্রগা . . . . . নৎত্রগা
অসিনচিংবা . . . . . . . . . . . . . ॥

হৈখ্রেদা মীওইবা ! শিংখ্রেদা মীওইবা !
তম্দেদকো মীওইবা !
শিজিন্নরিনে ৱাহৈসে . . . . . 'অসিনচিংবা'
মফম মতম চানা !!

তাং ৪।৩।০৭ ইং

(৫৭)

# লৈচিল্লক্তা তিনখ্রবী

হো লৈচিল্লক্তা তিনখ্রবী !
হো লৈচিল্লক্তা তিনখ্রবী ইবেম্মাও !
কৌজরি ঙমজবা খোঞ্জেলনা
খুম্বিরকউ অমুক্তদি মোমোন মীনোক্তা
লৈচিন পোমায় হাংবিরদুনা
য়েংজগে থৌদোক কয়ানা তিনখ্রবী
চেংলৌ শক্তমদো অরোইবা ওইনা ॥

লংনদনা লৌশিনবিয়ু কচ্চরি'সে
ঙমজবা খর তোল্লবা ননাইনা
লৈচিল্লক্তা তিনখ্রবী নঙোন্দা ;
লৈশক শুদে ৱারৌনুকো
লৈচন শুদে মীরাইনুকো
তোল্লবগী শেংলবা খূদোলনি কাউবিনুকো ॥

তাইবং পুন্সি পুল্লিরৈঙে
পুন্সি লম্বী ফাংনদ্রিরৈঙে
মীঙমদা পাঙজদ-তোল্লবনা
ঙমখিদে পেলহনবা পাম্মূবী নঙবুও !
কায়খ্রবী নঙগী থম্মোই
লাচ্চরবনি পূক্নীংনা পুন্সি-চুপ্পা ॥

তাং ৩১।৭।৮৮ ইং

(৫৮)

# লৈরাংবা

হে প্রভু - প্রভুগী শেংলবা খূয়াখাদা
লৈরাং-লৈথা কচ্চরি
হৈরাং হৈথা লাঞ্জরি
লৈকৎ অমনা পুন্সি-ইরাল কোকচগে
হৈকৎ অমনা পুন্সি-পম্বুং য়ৌজগে ॥

পাউদমজরি হে প্রভু -
'লৈজদে ঐগী করিসু
হৈরাং লৈরাংসি নত্তনা
হৈজদে ঐদি করিসু
প্রভুগী শেংলবা খূয়াখাদা
অসুম্না চঙজবা নত্তনা' ॥

অচুম্বা পুন্সি-লম্বী চৎচগে
ঙমজরোই চৎচবা অরানবা লম্বীদা
পামজবা পুন্সি-পম্বুং য়ৌজগে
য়েক্ন তিংখং থেংনদনা
পোকপৈ মহৈ য়াঞ্জগে
পীনবিয়ু হে প্রভু -
কোকহনবীনবা পুন্সি-ইরাল
য়ৌহনবীনবা পুন্সি-পম্বুং ॥

তাং ১৮।৭।৮৮ ইং

(৫৯)

## হুরানবা

হুরানবদু অচৌবনা, অঙম্বনা -
খঙভি সেক্রেটরিমখৈনা ;
হুরানবদু সেক্রেটরিশিংনা -
খঙভি মকোকমখৈনা ;
হুরানবদু মকোকশিংনা -
খঙভি মথংমখৈনা ;
হুরানবদু মথংশিংনা -
খঙভি মথংগী মথংখনবমখৈনা ;
হুরানবদু মথংখনবশিংনা -
খঙভি অফিসার অচৌবমখৈনা ;
হুরানবদু অফিসার অচৌবশিংনা -
খঙভি অফিসার মচামখৈনা ;
হুরানবদু অফিসার মচাশিংনা -
খঙভি গ্রেড থ্রীমখৈনা ;
হুরানবদু গ্রেড থ্রীশিংনা
খঙভি গ্রেড ফোরমখৈনা ॥

পুলিসশিংনা হুরানবা ফাদে
পুলিসশিংনা হুরানবা য়োকখৎলি
পুলিসশিংনা হুরানফম থিজৈ
পুলিসশিংনা হুরানফম খঙভি ॥

মরমসিদৈ ওইরক্লিবনি -
'পুলিস বিভাগ'না 'লোলেস বিভাগ'
'বিজুলি বিভাগ'না 'অন্ধকার বিভাগ'
'ব্রার্ক বিভাগ'না 'নো ব্রাক বিভাগ'
'ইডুকেশন বিভাগ'না 'ইরাডিকেশন বিভাগ'
'ইরিগেশন বিভাগ'না 'পোলুশন বিভাগ'
'মেডিকেল বিভাগ'না 'প্রাকটিকেল বিভাগ'
'বিজ্ঞান বিভাগ'না 'বিভুলা বিভাগ'
'ফাইনান্স বিভাগ'না 'ব্রেক্রপ বিভাগ'
'টুরিজম বিভাগ'না 'দেমোলিজন বিভাগ'
'-কলচর বিভাগ'না 'এন্টি-সোসিয়েল বিভাগ'
'সেক্রেটেরিয়েট'না 'ব্যুরোক্রিয়েট' ।।

মরমসিদৈ নীংখায়খিবনি -
মচোয়-মচোয় ওইনা
শাগৎলুবা মপৈ-মপৈনা
নহাক্কীসু ঐহাক্কীসু মহাক্কীসু ।।

অচৌবনা অচৌবা হুরানবা
মচানা মচা হুরানবা
হুরানবা ! হুরানবা ! হুরানবা !
নকোক্তা নাপী পকএ হুরানবা !!

তাং ১২।১২।২০০৬ ইং

(৬০)

## নহারোল

হে নহারোল, মতমসিগী নহারোল
নীংঙাক্লোইকো নখোয় মতম অমদা ॥

করিগীনো নখোয় মিৎকপ থোক্লিবা
করিগীনো নখোয় নমিৎ পাঙদ্রিবা
মিৎকপ থোক্লো নমিৎ পাংঙলো
য়েংউ মাঙদা করি নৈবগে ??

নখোয়গী নতৌ উবদা
পলেম পম্বৌ অনিদি
মিৎস্না পিরাং ঈহৌরে
ৱাখল তয়াং তশোযরে ॥

তৌরোনে নঙগী নঙগী নখৌ
পাংথোক্লোনে নঙগী নঙগী শিম্বা
উৎলুরোনে নরিংজেল নখৌনা
মীরম'চাগী লেঙ্গা ওইরিবা মখোয়দা ॥

কাউরবরা নখোয় -
নহারোলনা জাতিগী য়ুম্বীনি
নহারোলনা তুংগী পুন্সিনি
ঐখোয়গী জাতিসে ঐখোয়গী নহারোলনি ॥

তাং ৩০।৫।৮৯ ইং

## (৬১)
# ফজবগী মমি

ফজবগী মমি -
ফজবগী মমিনি
তারিবা লৈতেংবিদ্রবা মায়খোঙদা
য়েংলুবনি ঐসু অসুম অসুম ॥

নোকসু নোক্তে, কপসু কপতে
লেপ্লমই তূমিন য়েংল-য়েংলদুনা
ইংলবী মিংস্লাদুনা পুর্নিমা'ই থাজবু ॥

অথাপ্পা চীংয়াদ'ই খোংলক্লি
হারি চেক্লানা থম্মোই হবা সুরদা
'রি . . . . . . রি . . . . . . . রি'
নীংশিংলুই ঐসু
সন্ধ্যা অরাতি পুজা ॥

খোক্লম্বী পুর্নিমা থাজ
ঙৈহাক্তুদা লোৎখি লৈচিল্লক্তা ;
উরকই মায়খোঙ লাংশিনখিবী
পিরোযনবী মাগী মায়খোঙ ;
লোৎখ্রবী পুর্নিমা থাজবু য়েংল
করিবু খনখিবা মানা ?
ইদোম ব্লাজৈ ইদোম নুংওনজৈ ॥

পিরাং তৈথোক।পসিরা খন্না খন্না
হৌখিবা খঙহৌদে মিংক্রুপতু ;
উরকই লোৎলুবী পুর্নিমা'ই থাজবু
নোক্লকই মকা লাম্না মাসু ॥

তাং ২৯।৯।৮৭ ইং

(৬২)

# লাল্লম্বনি লুহোংবা

লাল্লম্বনি লুহোংবা
ঐ লাল্লম্বনি লুহোংবা
ঐ লাল্লম্বনি নহাক্কী লুহোংবা ॥

হল্লক্লরোই হায়নরিবা ঐসে
লাকখিনি খল্লিবা শোয়দনা নঙনদি
ঐ লাল্লম্বনি নহাক্কী লুহোংবা ॥

ৱাহং কয়া কয়া থম্লম্লগা
পাউখুম ঙাইরুবা তৌদনা
হল্লকখিদবনি ঐহাকসে নহাক্কীদমক !!

করিগী পাউখুম কয়া অমা
পীরক্লিবা ইফমদা নহাক্লা
মীরোং ওইখ্রবা ঐঙোন্দা ॥

লাল্লম্বনি লুহোংবা
ঐ লাল্লম্বনি লুহোংবা
ঐ লাল্লম্বনি নহাক্কী লুহোংবা
ঐ লাল্লম্বনি নহাক্কী নচাগী লুহোংবা ॥

থোঙ্গালদগী হেনবা ঙমখিদে
পীখিবনি মঙ্গলার্শিবাদ অরাপ্পদগী
ফাউরমগদরা ইচাদা, ইমাক্তা
ঈশ্বরতনা খঙগনি, ঈশ্বরতনা ৱায়েনগনি ॥

ঐ লাক্লম্বনি নহাক্কী লুহোংবা
ঐ লাক্লম্বনি নহাক্কী নচাগী লুহোংবা
করিনো খর নিরকখিবা মতমদা
হল্লকখিদবনি - ঐহাক ! ঐহাক ! ঐহাক !
করম্না করিদা নহাক্না ৱারৌখিবা
ঐ লাক্লম্বনি নহাক্কী নচাগী লুহোংবা ॥

পুন্সি নহাকসে ৱারম্লনি
ঐবু পুদুনা চৎলিবা হে পুন্সি !
অসিনি অহিংবা ! অসিনি পুন্সি !
নহাক্সু পুন্সিনি । ঐহাক্সু পুন্সিনি !!

তাং ২৩।১১।০৬ ইং

## (৬৩)

## পঙ্চুং

লান্না লৌবিবা তারবা
নীংঙমহৌররোই পঙ্চুং অমা থিরিবা
মরাইবক থীরবা পুন্সি অসিনা
তশেংনা নীংজখিবনি নীংজমনগী খল্লুদনা ।।

খঙনা চঙজরকপা নত্তে
চঙজরুবা তুংদা খঙলকপনি
মীনম্বা নীংজবা নত্তে
কৎথোক্লবা নীংজবনি পুন্সিগী ।।

তত্তনা উহনবিরৈ নীংজরিবীসে
ৱাখলগী ফিরাংজি ফম্বাক্তা
নায়িকা অমা ওইনা
নীংজবা কৌবা নাটক্কী ।।

হোংদ্রিবোই নীংলি মায়থোঙসু
ওইরমখিনি থম্মোইসু মহৌশাগী মহৌশাগুম
থিরমখিনি পূক্নীংসু পোত্থাফম
লৈরমখিনি মমি অমখক তাখিবদুসু ।।

ঙসিগী নীংজনা হিংজরিবা ঐসে
পীনবিবা ওইয়ু নীংজবা নপালদগী
পঙ্চুং অমখক ঙাইজরিবা ।।

তাং ৪।১।৮৬ ইং

(৬৪)

# নুংশিবদি ঙাওবনি

করিগী নখন্তা নোক্লিবা
লাইজদা তারিবা মিরেনবু য়েংলগা ॥

নুংশিরবদি ঙাওবনি, ঙাওরবদি নুংশিবনি
য়েংনীংবা য়েংঙমদে, হায়নীংবা হায়ঙমদে
পীবিখো ব্রাহংগী পাউখুমদি
খুমখোনে নুংশি হায়না ॥

পোত্থাদে তাক্লিনে মায়খোঙনা
লাক্লগসু য়েংলিনে থীনা চৈবিখ্রগা
পাউখুমসু পীবিদনা মীগী ব্রাহংগী
নুংশিবা অসুম্না তৌরবা ??

মিৎস্লানা লোত্তে মায়খোঙনা হায়নে
ব্রাহংগী পাউখুম মায়খোঙনা পীরেনে
মিৎস্লানা তাক্লি, লানখিবা মীচৈনি
ইরালবু ঙাক্লসি নুংশিনা নুংশিদা ॥

লাকখো অমুক্তদি মিৎস্লা মাঙদা
মোমোন মোমোন পাউখুমজগে
মিৎস্লাগী মিৎয়েংনা তমখিবা ব্রাহংগী
নীংলিবা নঙনা তারিনে মায়খোঙদা ॥

তাং ২৭।৪।৯৮ ইং

## (৬৫)
# নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে

নীংজবা হায়রসিরা খল্লিঁঙে
ঈকাইবনা হেক্তা হাল্লিবা
ঐঙোন্দসু, নঙোন্দসু, মঙোন্দসু
নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে, হো নুংশিবা ॥

লেপ্লেনে থম্মোইনা, পুল্লেনে পূক্নীংনা
য়েকখ্রেনে মশক-মমি, কনখ্রেনে মফম
ফোঙদোকপদি ঙমদে করিনো খঙদে
নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে, হো নুংশিবা ॥

তূমিন্না য়েংজৈ - হুরানবা হুরানবী অমগুম
শামিন ফংনবা মাঙদবু চৎচৈ - য়েংহঞ্জনীংদুনা
মিৎচিনা য়েংজৈ - লাল্লুরবা লাল্লুরবী অমগুম
নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে, হো নুংশিবা ॥

হায়রোইদবা হায়খি, হায়নীংবনা হায়হৌদে
য়েংঙোইদবদা য়েংখি, য়েংনীংবনা য়েংহৌদে
নীংজবনা পূক্নীংদা, পামজবনা থম্মোইদা
নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে, হো নুংশিবা ॥

তূমিন্না নোঙ্কুই - ঙাওরবা ঙাওরবী অমগুম
কনাসু লৈরমদে ইনাক্তদি
মাঙদবু উরকই মাগী মায়থোঙবু
নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে, হো নুংশিবা ॥

তাং ২৭।৪।৯৮ ইং

(৬৬)

## নীংশিংবা

নীংশিংবা নঙ লাক্লনু
নীংশিংবা নঙ চৎখ্রো ।।

য়েৎলরনু ঐবু
ওৎলরনু ঐবু
নীংশিংহল্লনু ঐবু
নীংশিংবা নঙ লাক্লনু
নীংশিংবা নঙ চৎখ্রো ।।

থম্মোই মৈহৌই
পূক্লীং লৈতাদে
ৱাখল ককঙাউনৈ
পুন্সি পল্লেপফম নাইদে
নীংশিংবা নঙ লাক্লনু
নীংশিংবা নঙ চৎখ্রো ।।

অমৃতগী নোংলিক চাম-চামনা
ইংথররোই মৈহৌরবা থম্মোই
অইংবা নামিবা নুংশিত্তা
পোত্থাফম খঙলরোই লৈতাদ্রবা পূক্লীং
নীংশিংবা নঙনা লৈবি'মখৈ
পল্লেপফম খঙলরোই ককঙাউনরবা ৱাখল
নীংশিংবা নঙ লাক্লনু
নীংশিংবা নঙ চৎখ্রো ।।

তাং ৩১।১।৮৪ ইং

(৬৭)

# নীংশিংহল্লনু

পুন্সিনা পুন্সিবু মীরায়বিবা
থম্মোইনা থম্মোইবু থাদোকপিবা
পূক্নীংনা পূক্নীংবু লৈতাহনদবা
ওইখিদে কনাদসু হৌখ্রবা পুন্সি-বসন্তদা
ৱারৌগনবী অমদি ৱারৌফম লৈররোইদো ।।

ঙসিগী লৈপুনগী খোঞ্জেলসিনা
নিলহৌরনি থম্মোইসিদা কুমওন খূদিং
ঙসিগী থাবানদা থাজগী মঙালদা
কাউখ্রো হায়রবসু কাউররোই
নীংশিংলুরনু তাকপিরক্লসু ঙম্ররোই ।।

লৈরম্মি হায়খিনি ঐগীসু অমা
থম্মোইদা হংলকপা তারবা
থাজগী থাবলগী মঙালগুমবী
কুমওন খূদিং ওইনখিবী ইনাক্তা
ঐগী অৱাবদা ৱাবিখীবা অমা ।।

হো ঙসিগী থাবল থাজগী মঙাল
ঙাল্লখিনিদো কুমওন খূদিং
নীংশিংহল্লনু শিঙ্গহল্লদুনা পিরাং
কনাগুম্বী অমদি থাবলসে মঙালসে
ঙসিগী থাবানদা, থাজগী মঙালদা ।।

তাং ২৮।২।৮৪ ইং

## (৬৮)

# কপসি পেন্না ঙসিদি

কপসি পেন্না ঙসিদি
কম্লু ইমা নঙসু ॥

মবৈবাক নীংজবা কযাগী
মজাতি নুংশিবা কযাগী
শিন্থবক্লিবা পি মবিক-মবিকনা
লাইজ-ঈপাক শেম্লনি ;
লাইজথক্কী থবো-থম্বাল
চনফদ লৈমন চল্লনি ॥

লৈমন চল্লবী লৈবাংশিং
পিবাংতনা থল্লবা
লাইজনুংদা তাউবনি
লাইজ-ঈমায কূপ্লনি ॥

পন্থৌ-শঙ্গাই যাইফকোন্দা
পলেমগী শিন্থানা মাঙওইনববী
লাঞ্জদ্রবী নচাশিংগী
চেন্থবক্লিবা হমাং মবিক্লা
নুবাগী লৈতেং ওইবনি ॥

তাং ১৪।৬।৮৬ ইং

(৬৯)

## উদবা কুইরেদা

উদবা কুইরেদা !
উদবা কুইরেদা উজনীংবী মায়থোঙদো
কদায়দা করম্না লোৎলি'নো
ঙাইজমনবু অরেম্বদা তারদরা
নীংজমনবু নীংশিংহৌবনা ওইরদরা ??

পন্থৌ শঙ্গায়'নুং নিঙোল কাদ'ই
মিৎস্না থম্বালনা মূনা য়েংলকপা
খরাই-থোঙ্গান লান্না-লাক
মিৎস্নাদবু তাখিবা ।।

পন্থৌ-চৈঙাক-পরৈনা কনখিবরা ?
পলেম ৱারক-চৈথাঙনা লূমখিবরা ?
করম্বা ইরালবু লৈখিবনো ?
উদবা কুইরেদা উজনীংবী মায়থোঙদো
কদায়দা করম্না লোৎলি'নো
ঙাইজমনবু অরেম্বদা তারদরা
ৱারৌবা লৈখিবসু খঙহৌদে
উদবা কুইরেদা !

নতারোই কনাগী নিঙোল-কাদা লোৎলিবরা
পলেমগী নিঙোল-য়ুমদা লৈখ্রবরা ?
পুন্সি লৈপুননা য়ুম্নাক-শাগৈ হোংখ্রবরা ?
নপাউখোনবু তাদনা, পাউজেলসু ফংদনা
নীংজমনবু লেম্না মাঙলদরা ??

তাং ১৯।৮।৮৭ ইং

(৭০)

## লাম্হোক্লুনু

লাম্হোক্লুনু নওনা নওগী পূক্লীং
নীংজবা কনাদা নীংজমন ফংনবা
কথোক্লুনু নওনা নওগী থম্মোই
পেঞ্জরবা কনাদা পেঞ্জফম ফংনবা ॥

লাম্হোক্লুনু, কথোক্লুনু পূক্লীংসু, থম্মোইসু
নুংশিজবনি খন্না, পাম্মূজবনি নীংনা
মৈচাক-মৈশা লাংজনি মৈরায়রক্লবদা
লাম্হোক্লুরবা পূক্লীংদা, কথোক্লুরবা থম্মোইদা ॥

লাম্হোক্কে নীংলবা নওগী পূক্লীং
লানথোকপা তমখো হান্না
থাজদব'ই চেকপল মরোল মরোল
মীনম্বা'ই ঈপাক মথং মথং ॥

কৎথোক্কে নীংলবা নওগী থম্মোই
হুবানবা তমখো হান্না
মিৎচি হৈবী মীনোক পুম্বা
নুংশি-খওদবী থম্মোই খূদিং ॥

পূক্লীং মাসু মরৌ লৈবনি
পূক্লীং মাবু ফাজিনখো হান্না
থম্মোই মাসু ৱারৌ চাউবনি
থম্মোই মাবু থেন্নুখো হান্না ॥

তাং ৭।৩।৯৪ ইং

(৭১)

## মহৌশা

মহৌশা কৌবী নঙগী খূদোল
থম্মোই হুনা নিংথিজৈদা
মহৌশা কৌবী নঙগী ফিজোল
মরিক চুম্না খোযদাজৈদা
মহৌশা কৌবী নঙগী লৈতেং
পূক্লীং নৌনা পাম্মূজৈদা ॥

করি তৌরি খঙদবী
ঈপাক ঈয়াই তথকপী
করম তৌই খঙদবা
অহাঙবা অতিয়া অৱাংবা
মিৎচানরি অমনা অমবু ॥

নিল-খোংদুনতা লৈজবা
ঈমায় চোল্লবা ঈচেলগা
ঈংনা লৈতানা লেপচবা
নাপোম্না কূপ্লবা চীংশাং পরেংগা
চংদমনরি অমনা অমদা ॥

সমুদ্রগী ইরোম্নুং - অকি-তুজুংলবা
লৈরমনিদা মখল-মখল, মথেল-মথেল
ঙক্ল-ঙক্লবা পাম্বীশিং, জীবশিং, দৃশ্যশিং
মহৌশা কৌবী নঙনা শেম্লদুনা ॥

চীংশাং-চীংলোন কয়া কয়া
উমং-ৱামং মখল-মখল
ঈথক-ঈপোম লিশিং-লিশিং
ঈচেল-ঈরৈ মওন-মওন
ঈরূ-ঈনৈ-ঈপাক মরোল-ম[illegible]
ঈথেক-ঈকোয় মতৌ-মতৌ
শেমলিনে মহৌশা কৌবী নহাক্লা
চাংদমনহল্লিনে অমবু অমদা ॥

শার-শারবা মরুভুমি - লৈঙোইতনা য়োম্লবা
পিক্ল-পিক্লবা ফূম - লাইজতনা কোয়শিল্লবা
মরূ কোক্ল-কোক্লবা ঈথৎ - ঈথকতনা নিল্লিবা
শুক্ল-শুক্লবা উমং - অকিবতনা থল্লবা
ফজ-ফজরবা নোংমদোন - অঙকপতনা লৈতেংলবা
ঈঙল-ঈঙলবা চীংদোন - লৈচিলতনা কূপ্লবা
শেমলিনে মহৌশা কৌবী নহাক্লা
চাংদমনহল্লিনে অমবু অমদা ॥

লাংওন-লাংওন হোংদুনা চৎলিবী
মহৌশা কৌবী নঙগী খূদোলসে
য়েংলু-য়েংলুবদা পেনবা নাইদেনে
শৈথাবগী লোইবা নাইরোইনে ॥

তাং ১৯।৮।৮৭ ইং

## (৭২)
# মৈতৈ নুজা

হো মৈতৈ নুজা !
নঙগী করি পেন্দবা লৈবনো ??

অমুবা ফিজোল শেৎলিবী
ফজবগী মমোগ্নোই
নিংখিবগী মতারোই
মালেম ইমা'ই তাঙনা ফংজবী
হো মৈতৈ নুজা !
নঙগী করি পেন্দবা লৈবনো ??

নীংজখিবনা অমা, ওইরকপনা অমা
অনিগী খেন্নবা তায়োন্নরবা তাইবং ওইরবরা ?
লৈহাউ য়াওদ্রবা লৈকংলাদা হৌবা
ময়োন কংল পামেলগুম খল্লবরা ?
হো মৈতৈ নুজা
নঙগী করি পেন্দবা লৈবনো ??

তনৌবী গুলাপকুম ইংলবী মায়খোঙদা
তারিবা মমিদু নীংঙমদব'ই মৈচাক্লা
চয়েনরবা চৎনরোলসিগী মফম খূদিংদা
থম্মোই-পুক্নীং শান্তি ফংদ্রবরা ?
হো মৈতৈ নুজা
নঙগী করি পেন্দবা লৈবনো ??

তাং ১৭।৮।৮৭ ইং

## (৭৩)
# পন্থৌ অপোকপা

পন্থৌ অপোকপা !
করিগীনো পন্থৌ অপোকপা ?
নহাক্লা হেক হেক লাক্লিবা
নচাগী ধ্যান মতিক চাদ্রবনে
নচাগী নীংজবা মতিক চাদ্রবনে
নচানা তৌজবা সেবা মতিক চাদ্রবনে ??

কনানা হায়রিনো, কনানা করি হায়নরবগেনে
পন্থৌ লৈরিনে, পন্থৌ লেঙদনা লৈরিনে
খূৎ পায়দুনা তম্বিরি
চৈ পায়দুনা ধপ তৌবিরি
পাউতাক পীবিরি, পাউখোল শিবিরি ॥

নচাগী করি অশোয়বা লৈখ্রবগে
হেক হেক ঐবু মিৎ শিংহল্লিবা
হেক হেক ঐবু মিৎকপ থোকহল্লিবা ॥

পন্থৌ অপোকপা !
লাক্কনি ঐহাক, ইল্লক্কনি নতুং
নোংমদি শোয়দনা ননাক্তা
নাউকোনবিয়ুকো মরোল থোক্ত্রিবা অঙাংগুম ॥

পুন্সি অমগী মমল উৎপীরম্মি
নোংমা অমগী হিসাব তাকপীরম্মি
করম্না তূমগনি তমবিরম্মি
করম্না পোখাগনি খঙহল্লম্মি
করম্না হিংগনি হায়বিরম্মি ॥

পুম্নমক উৎপিবদা নত্তে, তাকপিবদা নত্তে
তমবীরম্বদা নত্তে, হায়বিরম্বদা নত্তে ;
ঙসিসু উৎপিরি, তাকপিরি, তম্বিরি, হায়বিরি ॥

খঙদবা কনানা হায়রিনো
লাইররবী ইজাতিনি, লাইররবী ইমানি
পম্বৌ লৈরিনে, পলেম উরিনে ;
করিগুম্বদা লাপথোকখিবা পম্বৌনা
পুন্সিগী চিরবা লুরবা মিৎকুপতা
চৎনবীরা য়ুমপানবগী, চৎনবীরা তাইবংগী
তমবীরিবরা য়ুমবানলোল, তমবীরিবরা হৌনলোল
নখৌনা নরিংজেল উৎলু হায়রদুনা ॥

কাউজদে পম্বৌও অপোকপা !
পম্বৌগী পাউতাক, পম্বৌগী লমজ্রিং
পম্বৌগী জ্ঞান, পম্বৌগী লৌশিং
পম্বৌগী ঝাঙাঙ-ঝাতা
হো পম্বৌ অপোকপা !!

খঙঙিনে কাউজদে -
তোল্লিনে পম্বৌগী লমন
পলেম ইমাদা শিন্নরদুনা
নোংমদি শিংলখিনি পম্বৌও ! অপোকপা
চারা লুক্কোয়গা লোয়ননা
ধুপকী নুংশিরবা মনমদা
গুরু মাপলনা শাথি ওইদুনা ॥

তমজরিবা চারা লুক্কোয়সি পম্বৌগীনি
চায়থবিরো অদুগা লৌখৎপিরো লুক্কোয়সে
হো পম্বৌও ! অপোকপা !!
হাউত্রবসু হায়বিয়ু থম্মোই শেংনা
মহেল্লে ঙসিগী লুক্কোয়সিনা !!

পম্বৌগী পাউতাক্কা লমজিং ওইজরি
পম্বৌগী ৰাখলনা কলম পায়জরি
পম্বৌনা য়াদবা ঐগীসু নীংজবনি
হো পম্বৌও ! অপোকপা ।
পম্বৌগী ৰাশক ঐগীসু ৰাশকনি
পম্বৌগী পম্বুং ঐগীসু পম্বুংনি ;
অমত্তা চিখ্নদনা পাঙথোকচগনি তোল্লবা নচানা ॥

লাইররবা ইমুংনি কনানা হায়রিনো
লাইররবা শাগৈনি কনানা পল্লিনো
লৈনে - সনা-লুপা মনিমুক্তা
মখোল-মখোলগী ফজববা দলাল
মবূক থল্লবা ফৌগৈ, লনগৈ
মরাং-কায়রবা চাউরবা ইথ্রোল
পূক্নীং হরবা শান্তিগী লৈকোন
লুরবা লাইজগী মমাঙ পুথ্রি
নপারি-নমোম নমৌ-নশুশিং
লৈনে অমত্তা চিখ্নদনা মখল শুনা
হো পম্বৌও ! অপোকপা !!

থম্মোইগী অচেৎপা ৰাহৈ খরসিগা
কচচরবনি অপোকপগী খূয়াখাদা
হকচরবনি ইখূৎমক্কা ৰাখলগী লৈপরেংসে
লৎনদনা লৌশিনবিয়ুকো হো পম্বৌ অপোকপা !!

তাং ২৯।৪।০৭ ইং

## (৭৪)

# কনানা ঙাওহল্লি

কনানো য়েংউ কনানো
অচিকপদা নিঙঙাইদনা ফন্নিবা
নিপাসে ৱাখল তৌরিবা ?
লৈতে ! তাইবংদা কনা লৈতে
মহাক ! মহাক নত্তনা !!

কুইনা য়েংশিনবিদ্রবা মশমদু
নাল্লি মখূৎ অদুনা ;
কুইখরে য়াম্না কুইখরে
উখিদবা মশাগী চেংলৌ শক্তম ;
খল্লি ৱাখল কয়া'মসু
মশাগী পুন্সিগী মরমদা
মশাগী পচ্চুংগী মরমদা
ফোঙদোকপা কৌবা লৈতনা
খঙবা ঙমদে কনানসু
করিবু খল্লিবা, করিবু নীংলিবা ??

পোক্লবসু চরিতৎনা লাইরবা ইমুংদা
বি এ পরিক্ষা থাখিদো
থৌনা লিংজেলনা লমজিংলদুনা
মমা মপা হিংলিঙৈ ॥

মতমনা কনাবু ঙাইদে
মতমনা কনাবু কনদে ;
মতমগী খোঙলোযদা
নারকখি মপাদো অয়ৌ-থাক্তা ॥

শেল-মাল-চাং লৈতবনা
কৌথিদে মাইবা-ডাক্টর
লাইরবা মপা মহাক্কীদমক
ঙমজখিদে সেবা মতিকচানা
মিৎলু'ই পিরাং খরদু নত্তনা
কয়াদা ৱারৌজখিবা য়ুম্রোন্নববু, মরীমতাবু
লৈকাইবুসু, খুন্নাইবুসু, ঈশ্বরবুসু ।।

কুইখিদে নারকখি অপোকপী মমাসু
অৱা-ৱাখল ইরোয়নৈ
চাবা থকপা ৱাৎলিদো
লাইবক থীরবী লাইরবী মমাদো
নুংতি হাপতা কাংদনা ;
ঙাওবগুম্রে মাগী ৱাখল
অরেপ্পা লৈতরে, অনীংবদা মঙাইরে ।।

হল্লকপা লৈখিদ্রে, হল্লকউ য়াখিদ্রে
পলেম-পম্বৌ অনিমক
খম্বিরম্নগা 'মহাক'তমক সংসারদা
নিন্দা তৌথি মহাক্না
কয়াগী মতিক লাইরববু
ঈশ্বরদা হন্না হন্না ।।

নীংশিংলকই হায়বিখিবা মরূপ অমনা
'মপান ফরিঙৈদা মী ৱাত্তে
মশাগী হূই শিবা ফাওবা
মী চানি চাহ্নম তিনবনি ;
লাইবক-ফিভম ফত্তবদি
মী লৈতবনি থাঙদোকপিনবা
মশাগী অশিবা হকচাং ফাওবা'
উখিদরে হায়বিরম্বা মরূপতুসু ।।

বি এ পাস তৌরবদা
ওমজখিদে মপূঙ ফাহনবা
ৱাখলগী অনীংবা অপাম্বা ;
ৱারবা তাঙ্কক অসিদা
'ঐহাক লৈরি নহাক্কীদমক'
হায়বিনবা কনা লৈতে
সংসারসিদা চাউরবা পাক্লবা ।।

পুন্সি-মৈচাক কোক্লবা
পুন্সি-পম্বুং কাউনবা
অচিকপা মফম য়েংদুনা
অচিকপা মফমদা চত্তুনা
লেল্লি পূংজা কয়া
খল্লি মখল মখল . . . . . .
ফলসু ফংদে, পম্বুংসু লেপতে !!

মাবু উরগা হায়নৈ খুন্নাইনা -
'লাক্লে অঙাওবা লাক্লে'
তারুরগা হংজরি মথন্তা
'কনানা ঙাওহল্লি ঐহাকপু' ??

নভেম্বর ১৯৭১ ইং

## (১৫)

# করিগী

ইকাইখীবীনি কাউরবরা নুজা পুক্রীং ?
বাকং হৈতেবীনি খঙদবরা নুজা থম্মোই ?
লাইবক থীবীনি নীংশিংদবরা নুজা মপোক ?
করিগী থহদে, করিগী থহশিন্নদে ??

ননাক্তা শাম্নিন্নজে মরম লৈতনা
উৎচনীংদুনা শেৎচরিবা কিজোলসে
য়েংহন্নীংদুনা শমলাংগী ফজবসে
করিগী য়েংবিদে, করিগী য়েংশিন্নদে ??

হংজনীংবা বাহং হংশুমদনা তোকচৈ
হায়নীংবা বাকং হায়শুমদনা লৈজে
পাউখুমজগে শাইরিবা ঐতোন্দা
করিগী হংলক্তে করিগী হংনীংদে ??

তোয়না তোয়না লাকচবা ননাক্তা
তত্তনা য়েংকিনবা ঐগী মায়থোঙবু
তত্তনা উজনবা নহাক্কী মায়খোঙবু
করিগী উবিদে, করিগী উশিন্নদে ??

নাপগী লৈরাং নঙগীদমক থেৎচবনি
নুজা মপোক নঙগী ওইদবরা
তত্তনা পীজবা ইচিং কয়া
করিগী উবিদে, করিগী উশিন্নদে ??

লৈরাং লৈনম নঙগীদমক য়েঞ্জজবনি
নুজা পুন্সি নঙোন্দা কংথোক্তবরা ?
তত্তনা লাকচবা, তত্তনা হঞ্জরকপা
করিগী ফংবিদে, করিগী ফংশিন্নদে ??

শমজিগী নাচোম নঙগীদমক শেমজবনি
নুজা থম্মোই নঙোন্দা কংথোক্তবরা ?
শকচবা ঈশৈ নঙগীদমক শৈরেংজবনি
করিগী তাবিদে, করিগী তাশিন্নদে ??

নুংশিরবা চেংহীগী শম্লাং নঙগীদমক্তি
নুজা পূক্নীং নঙোন্দা লুপতবরা ?
পামজনা কেজবা মঙলান কয়াদা
করিগী ফাউবিদে, করিগী ফাউশিন্নদে ??

তাং ১৬।১০।০৪ ইং

# (৭৬)

# নহাক্কীসু মতম লৈরি

নহাক্কীসু মতম লৈরি
শিংথানদ্রবী শিঙেলও !
লৈকৎনদ্রবী লৈরাংও !!

ঈচেল লেপখ্রবা তোর্বানশিং
লাইজ-ঈমায় চোল্লখিনি
মায়হিং কাবা থাজগীসু
অরংবা মশক লৈবনি ।।

লৈশাং চুমদবী শিঙেলনি
লৈচু পান্দবী লৈরাংনি
খঙদবনা হায়বনি, খঙদবনা শোনবনি
শিংথানরকখিনি শিঙেল নঙবু
লৈকৎলকখিনি লৈরাং নঙবু ।।

বারৌগনবী শিঙেলও !
মিপাইচাউবী লৈরাংও !
লাক্লনি অহোংবা কয়া
বারুরনু থিরকখিনি নঙগুম্বী
লৈশাং চুম্বী শিঙেলশিং
লৈচু পানবী লৈরাংশিং ।।

তাং ২৫।৬।৯০ ইং

## (১১)

# করিবু খল্লিবা

করিবু খল্লিবা – করিবু খল্লিগবা
কৈসু হুন্দুদে, মাসু হায়রক্তে ॥

বা-বা চুরিবা লোংজদুনা
লেপকিনরি তুমিন
পীক্লবা লমজীনশী ঘুমদাংশাওদুনা
চোকনবা শগাংবু পোমজিনজরর
লোনা লেংনরিবা অমনা অমদা
খঙনরি অমসু অমসু ॥

অতৌবা অরংবা লোংক্রিক্না
অসংবা খ্রুদৌদুনা চৈররি ;
মনাক নকণা ঊশান্দই ঘোঙলক্কি
পুঁদিং-খা পুন্দা চেক্না অনিনা ॥

লেপকিনদু চুরিবা লোংদি
লেপ্রবাই নুংশী-ঈচেলদি ;
অকবিনদু ঘুমদাংশাওসিসু লোংমা
মুক্নবাই থমিদি থনোই-থনোইদে ॥

বা বা চুরিবা লোংজদুনা
চোকনবী শগাংবু নাক্ক-নাক্কদুনা
করিবু খল্লিবা - করিবু খল্লিগবা
কৈসু হুন্দুদে, মাসু হায়রক্তে ॥

অং ২৯।১২।৮৭ ইং

## (৭৮)

# ধ্রুবতারা

হে অমর ওইরবা ধ্রুবতারা !
নঙগী নগুনবু করম্না শক-শোল্লসিগে ॥

অৱাংবা অতিযা মকোয়দা
ইতিহাসনা শাক্ষি ওইদুনা
ভারত ইমাগী মিংচৎ পুরকলিবা
হে অমর ওইরবা ধ্রুবতারা !
নঙগী নগুনবু করম্না শক-শোল্লসিগে ॥

লৈচিন থাংদ্রবা অহিং কয়াদা
মশেক-মঙাল উৎলিবা
অৱাংথংবা অতিয়াগী
নাইতোম্নবা থৱানমিচাক ওইরিবা
হে অমর ওইরবা ধ্রুবতারা !
নঙগী নগুনবু করম্না শক-শোল্লসিগে ॥

থৱান লিশিং-লিশিংলক্তগী অথোইবা
অমম্বা অহিংদা লম্বুক্লরবা যাত্রিকশিংগী
মায়কৈ-মাযওন তাকপিরিবা
হে অমর ওইরবা ধ্রুবতারা !
নঙগী নগুনবু করম্না শক-শোল্লসিগে ॥

নীংশিংলি ঙসিসু নঙগী হৌরকফম
কাউনদে কনানসু নঙগী ৱারী
কুইর কুইরগা নীংশিং মমি হেল্লক্লিবা
হে অমর ওইরবা ধ্রুবতারা !
নঙগী নগুনবু করম্না শক-শোল্লসিগে ॥

অহৌবা অরোইবা খঙদবা
মতমগী খোঙচৎনা শেন্নবা ঈচেলদা
ঈচেলগী তোর্ব্বান অনিবু ঙাক্লিবা
শিদ-উপালগা পাংখক ওইরিবা
হে অমর ওইরবা ধ্রুবতারা !
নঙগী নগুনবু করম্না শক-শোল্লসিগে ।।

খোর্জ্জেদগী তারকপা অমুবা কালিনা
লংলবা সনাগী খোর্ব্বাক্তা
থবান নঙগী ৱারী খোৎচিল্লগেকো ;
লাক্কদৌরিবা যুগ যুগ খূদিংদা
শোন্নহৌবা ওইরসনুকো নঙগী ৱারী
হে অমর ওইরবা ধ্রুবতারা !!

তাং ৩০।৬।৮৭ ইং

(৭৯)

## নপাউখোনবু ঙাইরি

য়ুমগী য়ুমগোইবী
য়ুমদা লৈহৌরবী
অদুঙৈগী লৈরাং অমনবী
মল্ল-মল্ল লৈনৌবী
নঙনা করম লেল্লিবা
নপাউখোনবু ঙাইরি ।।

শজিবু থামৈদা শাৎচবী
লৈহাউ লৈরেন অপোম্বী
নুজাগী শম্লাংদা লোৎচবী
লৈনম্না শাবিগী পূক্লিং হুখিবা
লৈনমদুবু ওইনা থারক্লোনে
ঐগী 'নাক্তা পাম্মুবী ।।

য়ুমবানবগী পুন্সিদা
লৈত-লায়র মরমনা
লংফৈ চৎলিবা ঐগী
অদুঙৈগী লৈরাং অমনবী
মল্ল- মল্ল লৈনৌবী
নঙনা করম লেল্লিবা
নপাউখোনবু ঙাইরি ।।

তাং ৫।৫।৯১ ইং

(৮০)

## পাইখ্রো চেক্লা

পাইখ্রো চেক্লা নপাঙ য়াওদনা
চৎলো চুরম্মু মৈরি থম্মোইদা ।।

লেঞ্জরবা পুন্সি - ইঙাগী নোংজুগুম
খঞ্জবদা য়াইফনবা নঙগী পুন্সিনা
কপচবা নত্তুনা উররোই নঙবু
নীংজবা নত্তুনা ফংলরোই নীংজমন ।।

নুংশি-পম্বুং তামখ্রবা
করম্না য়ৌসিগে খল্লিবা
ফংলরোই লেপ্পনি খোঙথাং
পাইখ্রো চেক্লা নপাঙ য়াওদনা
চৎলো চুরম্মু মৈরি থম্মোইদা ।।

মচেৎ তারবা থম্মোই
পল্লেপফম খঙদ্রবা পূক্নীং
হিংলিদা হায়রবা পুন্সিনা
অমুক হন্না বারৌররোই নঙবু
পাইখ্রো চেক্লা নপাঙ য়াওদনা
চৎলো চুরম্মু মৈরি থম্মোইদা ।।

তাং ২৮।২।৮৫ ইং

(৮১)

## চয়েৎনরক্লবদা

চয়েৎনরক্লবদা - পুন্সি অসিনা
শেংলবা থম্মোই অতিয়াসে
কূপ্পরে মীনম্ব'ই লৈচিনতনা
চয়েৎনহল্লে ৱাখলসু ককঙাওনহল্লদুনা ।।

কল্লকপা-মীহৌবনা মহূ-পুবা লিনগুম
চীক্লরে ঐগী 'নুংদা ;
পাপকী ঈতনা চেপ্লরে
হকচাং শিংলি খূদিংদা
ওইদবগী মপৈ-মপৈনা
মিৎয়েংবু খঞ্জিল্লদুনা লেপ্লরে মাঙদা ।।

নীংহন্নখিবা পুন্সিগী
পাম্মূরবা মিৎকুপশিংদু নীংশিংদুনা
য়োৎহ্লিং চল্লবা বন্দীগুম
চৎলি নরক্কী খুরবা লম্বীদুদা ।।

চয়েৎনরক্লবদা - চয়েৎনবা ৱাখল কয়া'মনা
ককঙাওনহল্লেদো নীংজবা কনাবু
করিনো খর নিরদুনা
করিনো খর পল্লদুনা ;
ওইহৌরেদো ইরাল নীংজমনদি ফংদনা
ৱারৌরোই নীংলি চঙজরুববু
ঙাকপিনি খল্লি কায়হৌরুববু ।।

ফুমদী-ফরানা য়োম্লবা লাইজথক্তা
করিগী থরো-থম্বাল শাৎহন্নীংলুবা
মতৌদি খঙলুবা কৌবা লৈতনা ;
মোমোন মীনোক থুংলমনি
অপাম-থম্মোই লৈজরিবনি ;
অনিদু তিন্নজরগা পেঞ্জগনি খল্লুবা
চয়েৎনরে ! চয়েৎনরে ! চয়েৎনরে !!

নাইতোমজরকঙৈ - পুন্সি অসিনা
ইতিহাসনা শাক্ষি ওইহৌরদবা
মমল নাইদ্রবা পুন্সিগী
লৈখিবনি শক্তম কয়া ;
চয়েৎনরকঙৈ - পুন্সি অসিনা
শেংলবা থম্মোই অতিয়াসে
কূপ্লরে মীনম্ব'ই লৈচিনতনা
চয়েৎনহল্লে ৱাখলসু ককঙাওনহল্লদুনা ॥

তাং ২৩।১২।৮৬ ইং

(৮২)

## হুম্লরো-শুম্লরো

হুম হুম হুম্লরো
লিরি লিরিনা মালংবা
ইমাগী নিংথেম শুম্লরো ।।

থবায়গী থবায় ওইরিবা
থবায় মাগী মশায়কোন্দা
থবায় মাবু ঙাইরদুনা
থবায় ঐগী নিংথেমবু
নাহোং শেগা থোংলিবা
হুম হুম হুম্লরো
লিরি লিরিনা মালংবা
ইমাগী নিংথেম শুম্লরো ।।

থা থবানমিচাক নখোয় কৈদৌরি
অমনা অমদা পাউথাং পীনরো
লাক্লো লাক্লো হৌনদুনা খূৎশম্না
নাওশুম ঈশৈ শক্লরো
ইমাগী নিংথেম শুম্লরো ।।

অহিংগী লিক্লা তনিকপী
তপ্না তপ্না খিকপিররো
ওমচাক্লরবা মালেমবু ইংহল্লরো
মালং পাউজেল পুদুনা
ইমাগী নিংথেম শুম্লরো ।।

উপাল ৱাপাল কৈদৌরি নখোয়
নাওশুম ঈশৈগী তাহ্না য়েরক্লো ;
হৈকোল লৈকোল কৈদৌরি নখোয়
নাওশুম ঈশৈগী সুর পাল্লরো
ইমাগী নিংথেম শুন্নরো ॥

পামেলথক্তা য়াহিপ তাল্লিবা
লম্লক্কী চেক্লা মীকপ থোক্লরো
অমগী মথংদা অমা পাইরক্লো
শেঙ্গম পৌরাদা মরী মরী তোংলরো
নিংথেমগী নাওশুম-ঈশৈ তারুলাউ

তাং ১২।২।৮৭ ইং

(৮৩)

## লোন্থোক্তবী ওইখ্রগে

লোন্থোক্তবী ওইখ্রগে
মপোকসিমগীদি নফমদা ।।

মনীংতম্না পাইজবী
চেক্লাগী মপোকসু ওইদ্রেদো ;
লৈখোক অমতদা শাৎমিন্নজবী
লৈবাংগী মপোকসু নত্ত্রেদো ;
মীনোক মীশানা প্রলযগুম
হুম্লক্লিবা মপোক ওইরেদো ।।

নদোম-ইদোম কনা যাওদনা
লানবা তাবনি ঈপাকসে ;
তোবর্বান্দা ঙাইরি মযা কাথোক্কুনা
মৈবি লিশিং লিশিংনা
অউবা খূদিং উম্লগে মতাগুম
কাউথোক্লসি, তোকথোক্লসি ;
লোন্থোক্তবী ওইখ্রগে
মপোকসিমগীদি নফমদা ।।

তাং ৪।৪।৮৬ ইং

(৮৪)

# মল্লবা ডায়রি

হাংদোক্লুবদা -
কোকফায় কারবা মল্লবা ডায়রি অমা
ইরম্মি অসুম্না -

''পুন্সিসিদা -
লৈহৌরে পাঙথোক্লমদনা করিগুম্বা খর
লৈহৌরে হায়রমদনা হায়জনীংবা ৱাহৈ খর
লৈহৌরে ফুম্লদুনা থম্মোইনুংদা নীংজবা খর ।
অদুবু -
নিংখিজরি নহাক্কুম্না কনাগুম্বা অমদি
য়ারোইনে থাদোক্লম্বা নহাক্না মাবুদি
নীংজখি মতম লৈবা খিবিক্তা নহাক্কীদমক ।
অদুবু -
খঙখিদে মরমদি নীংজরুবগী
লৈরিবগনে অতৈ করি অমা
নঙোন্দগী খঙনীংবা ঐগী ইফমদা
চুম্লবনি - খঞ্জরিবা অসিমদি চুম্লবনি
নহাক য়াওদ্রবা পুন্সিসে
অৱাবগী মশক ওইগনি !
অৱাবগী মশক ওইগনি !!''

তাং ১৩।৬।০৭ ইং

## (৮৫)
# ঙাইরি ঙসিসু

ঙাইরি ঙসিসু
ঙাইখিনি হয়েংসু, লাক্লিফাওবা ।।

পম্বুংফমবু য়ৌঙমদ – মিংফম হোংদ
অচেৎপা পূক্লীংগা লোয়ননা
ঙাইরকপনি তারমদাই পুন্সি-কোরৌনা
থাজবা মাঙদনা, হায়নখিবা কাউদনা ।।

ৱাশক-পরৈ কাউর মতমদা
নীংশিংহল্লিনে অৱায-অথুমগী চাংযেং
উহল্লিনে থৌদোক পরেং পরেংশিং
মোমোন্নবী মিৎস্না অনিগী মরক্তা ।।

মপান নাইদ্রবা ৱাখলগী ঈপাক্তা
মফাং-মফাংলবা যৌবন-লম্বীদা
চৎমিন্নখিবনি নোক্ক-নোক্ক
লম্মুক্করবরা করিনো শোখহৌই
খঙহল্লম্বা কৌবা নৈতনা ।।

খোঙ্গুন লিবা ঙমখিদে পাঙদবনা
যেংখিবনি হন্না হন্নদি
নৈখোক্লা, নৈনানা খজ্বিনখ্রবা
যৌবন-পুন্সি ঈচেলদুদা
লাকপরা হায়দুনা লম্মুকখ্রবী কনাবু
ঙাইরি ঙসিসু
ঙাইখিনি হয়েংসু, লাক্লিফাওবা ।।

তাং ২৩।৩।৮৭ ইং

(৮৬)

# মা-ঐ-নঙ

মা- ঐ- নঙ
মানা খঞ্জখি ঐবু
ঐনা খঞ্জখি নঙবু
নঙনা ওইখি লোয়োক্তবী ।।

লোয়োক্তবী লাইখিনা
মীগী থম্মোই খঙলগ্নে ;
থম্মোই খঙনা কায়নখ্রবী নঙদি
শকউ নঙগী কায়ন-ঈশৈ ।।

নঙগী নুংশিবদা লুপলিঙৈ
কথোক্লবী মাগী থম্মোই উখিদে ঐনা
কনানা করিগীদমক, করিবু কনানা
করি তৌনখিবা অমতা খঙনখিদে ।।

কথোকপনা মপূঙ ওইরবা মানা
ব্রাশক-পরৈ লোমখি ঐঙোন্দা
লুপখি ঐনা মতমদো
ফংলরোইদবা নঙগী নুংশিবদা ।।

মাগী কথোক্লবা তপস্যাদা
শেংলবী লাঞ্জদ্রবী থম্মোইদগী
লাকখি অরংবা মঙাল
মঙালদুদা শক্তম অমা য়াওখি ।।

তাং ৬।৬।৮৮ ইং

## (৮৭)

# কোক্লমদরি ঙসিসু

কোক্লমদরি ঙসিসু ইকাইথীবী মতৌ ;
মপোক'সিমগী পীথোরকপরা ?
থম্লখিবা ব্লাবু ঙাক্লি তাকপরা ?
নীংশিংবগী পাঙ্গল লৈরি উৎপরা ??

চহী কুমজা কয়া লাল্লবনি
কুমওন-কুমওন মশীং থিঙমদ্রবনি
শকফমগী অহোংবসু লৈরবনি
পূক্নীংগী অওনবসু লৈরম্লনি ।।

লম্বী-চিদায় অমমমদা চৎনরি মায়োক্লনা
ওইরমগনি খঙনা য়েংলুবা নত্তে
নীংখিবা লৈতে, য়েংজখিবনি মথন্নতা পূক্নীংনা
ওইরম্বনি শকখঙলবী ইকাইথীবী অমথক ।।

পূক্নীং-পাঙ্গল হল্লক্লবনি
নীংশিং-পূকৈদি ময়েং তারিবরা ?
খম্বা ঙমদে, য়ৌদি য়ৌরকই
নীংশিংবনা পাঙ্গল হাপ্লদুনা ।।

মতম অদু কয়া কুইনা ঙাইখিগবা ?
মরক-মরক্তা নীংশিংবা নত্তনা
ইকাইথীবী নতৌবু অদুঙৈ বসন্তগী
করম্না লেপ্লি কনানা খঙবা ।।

তাং ৬।৫।৮৮ ইং

(৮৮)

## লিংখৎলসি

লিংখৎলসি - ক্কালিটি অমখক্তুংগী মহৈতম্ফমশঙ !
মূৎখৎলসি - ক্কালিটি মখলশিংগী মহৈতম্ফমশঙ !
তুংগী মীরোন্না নুংশিননা হিংহৌনবা
তুংগী মীরোন্না অমত্তা ওইনা হিংহৌনবা ॥

লাক্লরোইদবা কল্লক্লবা পুন্সিগী মতমদো
খেন্নবা খঙখিদে অমগা অমগা
লাইরবনা কনানো, ইনাকখুনবনা কনানো ;
ইংথমথাগী অয়ুক কাবা স্কুলদা
বোড়া থুপচিনবা হানবা তান্নৈ
য়েরমদাই কাংশিনা ছুটি থারকপগী ॥

জর্সি, খোঙউপ মশক খঙনখিদে
লাইরবা মচাসু, ইনাকখুনবা মচাসু
লুখ্রা মচাসু, পাখ্রা মচাসু ;
মমি তানখিদে অমসু অমসু
লাইর-ইনাকখুনবগী খেন্নবগী মমি
অদুঙৈগী নাব্রা পুন্সি ওইরিঙৈ ॥

ঙসিদি খঙখরে চহী মঙাগী অঙাংশিংনা
মমি তাহনখরে চহী মঙাগী অঙাংশিংদা
লাইরবনিনা বাবাসে তমহল্লে ঐখোয়বু
লুখ্রাবীনিনা ইমাসে তমহল্লে ঐখোয়বু
চেং য়েনবা, নোং যুবা স্কুলদা
প্লাসটিক্কী খোঙউপ তোংহল্লদুনা ॥

---

পায়রকপা তাবনি নোংমা নংত্রগা নোংমদি
মমি তাথ্রবা মৈরিগী গ্রিনেদ অমদি নোংমৈ ;
লংশিল্লকপা তাবনি মীয়াম'লক্তা
পোকখায়হল্লদুনা গ্রিনেদতো মূৎখিনবা মমি ;
কাপশিল্লকপা তাবনি মীয়াম'লক্তা
পাইখোকহল্লদুনা মরু লিশিং লিশিং মূৎখিনবা মমি ॥

লিংখৎলসি - ক্বালিটি অমখক্তংগী মহৈতম্ফমশঙ !
মূৎখৎলসি - ক্বালিটি মখলশিংগী মহৈতম্ফমশঙ !
তুংগী মীরোন্না নুংশিননা হিংহৌনবা
তুংগী মীরোন্না অমতা ওইনা হিংহৌনবা ॥

তাং ১।৫।০৭ ইং

(৮৯)

# পাম্নুরে

যৌবনগী পুন্সি হৌরকপদা
পীররে থম্মোইদা চৈনা অমা ;
য়েংনীংলক্লে লৈকোন-লৈরাং
শাৎলমই লৈকোন্দুগী চিদায়দা
তোমখিন্নবী লৈরাং অমা ।।

হন্নরে অইংবা নামিবা নুংশিৎনা
হৌররে লৈরাং ঈথক ঈপোম
য়েংজরুই মিৎস্না থন্না
তোমখিন শাৎপী লৈরাংদো
ওইরম্রে লৈশাৎ শুবী লৈরাং ।।

লৈরাং লৈশক য়েংল
মচু তরেৎকী চুমথাং মানবী
লৈরাং লৈনা য়েংল
অশংবা নোংজাবি মানবী
লৈরাং লৈখোক য়েংল
অহিংবা লুপা মচু মানবী
থম্মোইনা মাবু পাম্নুরে
পাম্নুরে ! পাম্নুরে ! পাম্নুরে !!

তাং ২০।৫।৮৪ ইং

(৯০)

## অমুক্তংগা উনখিসিকো

বাখল কম্যাম'দি খনখি ঐ
নুপী'চাদুগী মরমদা মওন মওন
মফমদুদা চৎলুসিরা মখল্লি
মাবু খিরগা, মাবু উনরগা
হায়জরগা য়েংশিরা মখল্লি ।।

তশেংনা নীংশিংলি মিৎকুপসিসু -
রেলগী দবা অমতদা
মায়োক্লরা ফম্মিন্নরিবা মা-ঐগী
য়েংঙমদনা য়েংনরিবা মিৎয়েংশিং
তূমিন-তূমিন লৈথোক-লৈশিন্নরদুনা ;
নকশিন্নরিবা খোঙলোয়শিংদা হায়খিবা
মাগী নুংশিরবা খোঞ্জেল !
নাকোংদা ঙংলরি মিৎকুপসিসু
মরোলদি খঙখিবা নত্তুবসু ;
থম্মোইদা য়ৌরক্লি মিৎকুপসিসু
মাগী খূৎলৈ-থুবী মিৎচি ।।

উনখিবা মতমদা হায়জরম্রবা
তাঞ্জা চাবা ঙাইনা
বাহৈ অহমগী পরেংসে
'আই লভ য়ু'
পুমপেন-পেঞ্জরমগনি থম্মোইনা ।।

লেপ্পবগুম উররি মিৎকুপসিসু
ইমাঙদা মোং হাদবী মতৌদা ;
উহল্লিনে পুম্নমক মাগী
খুতক তৌবী মিৎস্রা
মোমোন্নন৷ ঙাল্লিবী মায়খোঙ
অশংবা সারি, অশংবা ফুরিৎ !
অমুবা নিংজু য়ৌবী শন্নাং,
অঙাংবা শমফাবী, অঙাংবা 'হেয়ার ক্লিপ'
অমুবা শমব্রু অমখক
ওইরপতৌবা খদাং ময়াগী
মিৎচি হৈবী মীনোক
শাইনোন শন্নাংগী শউম
হাইরি লেঙলি য়েংলি
নাক-য়েত্তা মনীংতম্না
মাঙখিদরি ঐগী মিৎস্রা মাঙদগী !!

অশংবী লাইরেম্বী অমা
খঙহৌদনা মাঙদা লেপ্পরগুম
পঙথম্রে, ঐ পুমপঙ পঙথখরে ;
থম্মোইবু থম্মোইদা চিংশিনখরে
পূক্লিংনা পূক্লিংবু পুখরে
মায়খোঙনা মায়খোঙ য়ৌখরে
মিৎকুপ খরসিনা পুন্সি ওইখরে ॥

হায়রসিরা মখল্লি অমুকসু
বাহৈ অহুমগী পরেংসে
খনবা লৌইদ্রিঙৈনা মাঙখি খৌনা !
নীংজবতা মঙায়রে, ঙমখিদরে হায়দোক্লবা
নুংশিব'ই মতৌ অসুম্না তৌবরা ?
ওইজনীংবগী মতৌ অসুম্না মীঙমদবরা ??

অসুম অসুম চৎখিদুনা রেলগাড়ীনা
খান্নরে 'বদরপুর' ষ্টেসন্দা
তারকখি খোঞ্জেল য়াক্লপ য়াক্লপ
'চায় গরম চায় গরম' ;
অমুক্তুংদি চিংনা য়েংলম্মী শংবান্নবীদো
কুমথবগী অরোইবা খোঙথাংদা ;
থম্মোইনা শোঞ্জখি নাশোন পিক্লা
'অমুক্তুংগা উনখিসিকো' ॥

তাং ১৪।৯।৮৫ ইং

(১১)

## লমতা থা

হো লমতা-থা, শাবি-শানৌ থা
শাবি শনৌ অনিগী ইরাংপুবা লমতা-থা
ঐদি নঙবু পামজৈনে
ঐদি নঙবু নুংশিজৈনে !

লাক্লনি তরামঙানি পানবা লমতা-থাজ
পুরক্লনি কুমওন য়াউশঙ
অঙৌবা লৈচিল থাবগুম
চোংলরনি থাবল্লক্তা থাবল !!

শাবিগী ওইদা শানৌনা শম্বা থা
শানৌগী ওইদা শাবিনা শম্বা থা
শাবি-শনৌ অনিগী ইরাংপুবা থা
হো লমতা থা ! হো য়াউশঙ থা !
ঐদি নঙবু পামজৈনে
ঐদি নঙবু নুংশিজৈনে ।।

নুরাই শম্লাং মনমগা
শমজি লৈরাং লৈনমগা
তিন্নি-য়াম্ননা লাক্লিবা
নুংশি-পাউজেল পুদুনা
হো লমতা থা ! হো য়াউশঙ থা !
ঐদি নঙবু পামজৈনে
ঐদি নঙবু নুংশিজৈনে ।।

তাং ১১।৪।৮৮ ইং

## (১২)
# পুনশি

'পুন্সি' - নঙদি অঙকপনি !
'পুনশি' - নঙবুদি খঙঙিদা !!

'পুন্সি' -
চিংনদবা ঙমদে
মমল লেপ্পা লৈতে
নঙগী মহাউ লেপ্পদা ৱায
খঙনবা থিরিবনি স্কোলারশিংনা ;
'পুনশি' -
চিংনবা লৈতে
মমল লেপতবা তৌদে
নঙগী মহাউ খঙঙি
পামজরবা মহাউনি মণিপুরিশিংগী ॥

'পুন্সি' অমগী পুন্সি -
চামা মঙাই, লিশিং মঙাই
মালেম থন্না নৈনরি ;
'পুনশি' অমগী পুন্সি -
অনি মঙাই, তরা মঙাই
মণিপুর শিন্থুংনা চানরি ॥

'পুন্সি' -
অৱাবা লৈ, নুঙাইবা খঙঙি ;
'পুনশি' -
অৱাবা লৈতে, নুঙাইবা খঙদে ॥

'পুন্সি' -
নহাক্তি মীওইবগা মরী লৈনৈ
নহাক্তি অহিংবশিংগসু মরী লৈনৈ ;
মীওইবগী 'পুন্সি' !
শামুগী 'পুন্সি' !
খোঙনাংবটকী 'পুন্সি' !
'পুনশি' -
নহাক্তি চিঙ্গাক্কা মরী লৈনৈ
নহাক্তি দুকান্দারশিংগসু মরী লৈনৈ ;
লৌমীশিংগী 'পুনশি' !
অয়োনবশিংগী 'পুনশি' !
অরৈবশিংগী 'পুনশি' !!

'পুন্সি' -
'এবস্ত্রেক নাউন'নি, শোকপা য়াদে
নহাক্তি খিজিনখিবনি, নৈনখিবনি
লৈবাক কয়া কয়াদা পোক্লম্বা
লৈখিদ্রবা মীওইশিংনা সেঞ্চুরি কয়া কয়াদা ;
'পুনশি' -
'কমন নাউন'নি, শোকপা য়াই
নহাক্তি পুথোকখিবনি, মিংথোনখিবনি
এগ্রিকলচর ডিপার্টমেন্টতা থবক তৌরম্বা
পেন্সন ফংখ্রবা অফিসার অমনা মাঙগী সেঞ্চুরিদা ॥

তাং ২৭।৫।০৭ ইং

## (১৭)

# চোইত্রং-ফাত্রং

মথং খনবনা হায় -
'মহাক শিবা য়াদে' ;
মথং খনবা অমদুনা হায় -
'মহাক শিবা য়াদে' ;
মকোক খনবনা হায -
'ঐনা ঙমদে' ;
মকোক খনবনা অমুকসু হায় -
'মম্রীগা ঙাঙনৌ' ;
মথং খনবা অনিদু যানবিববা
অদুমদি খঙদে মকোক খনবদু ॥

মখোয অনিনা হায় -
'মম্রী খঙনদে, মম্রী উনঙমদে
নঙদি খঙনৈ - নঙনা তৌগদবনি' ;
মকোক খনবনা হায -
'ঐনা ঙমদে' ;
মখোযনা হায় -
'মখোয়বু হাৎপিযু' ;
মকোক খনবনা হায় -
'ঙম্মোই' ;
মকোক খনবনা অমুকসু হায -
'ঐবু শেগায়বিবো' ;
মথং খনবা অনিদু কপ্পি
মকোক খনবসু কপ্পি ॥

তাং ৩।১২।০৬ ইং

(১৪)

# মশক খঙঙু

মশক খঙঙু -
চৎকদবা লম্বী মশক খঙঙু
হান্না চৎকদবা লম্বী মশক খঙঙু ;
পান্দমদুগী লুচিংবা মশক খঙঙু
হান্না পান্দমদুগী লুচিংবা মশক খঙঙু ।।

অরোনবা লম্বী অমা চৎকে নীংলবা
অরোনবা পুন্সি অমা লেনগে নীংলবা
অরোনবা থবক অমা তৌগে নীংলবা
অরোনবা পুন্সি অমা লেনগে নীংলবা
খোঙ থাংজিন্দ্রিঙৈদা -
হান্না মশক খঙনবা হোৎনৌ
চৎকদবা লম্বী - করম্বা লম্বীনো ?
পান্দমদুগী লুচিংবা - কনানো লুচিংবা ??

অরোনবা লম্বীদু অরুবা লম্বীনি
তিংখংসু লৈরমনি, যোৎলি তারাসু খারম্মি
'মাইন বোম'সু ফুমলমনি, য়েক্লবসু ঙাক্লম্মি
মফাং-মফাংলম্মি লম্বীসু
মাঙগনবা লম্বীসু ওইরমনি ;
অরোনবা থবক্তু অচৌবা অরোনবনি
লৈবাক্কী ওইবা অচৌবা অরোনবনি
লৈবাক শেমগদৌরিবনি নৎত্রগা লৈবাক মূৎকদৌরিবনি
নহাক খঙলিবনি - পুম্নমক খঙলিবনি ।।

অরানবা লম্বী ওইরম্লবদি -

পামজদবা লম্বী ওইরম্লবদি -

নহাক কমদৌবা -

কাউগনু পুন্সি-লম্বীদি পুন্সি-ঈচেলনি

হনগৎলক্পা যাররোইদবা লম্বীনি

'রান-বে ত্রাফিক'নি

মফাং-মফাংলক্লবদা খলহৌগদবনি

লম্বীদো - অশেংবা লম্বীদো ;

লম্বী মাঙখ্রবদা -

অনৌবা লম্বী য়াৎপা ঙমগদৌরিবরা ?

মীনম্বা লুচিংবা ওইরম্লবদি

হুরানবা লুচিংবা ওইরম্লবদি

নহাক কমদৌবা -

নহাকসু মীনমদৌরিবরা, হুরানদৌরিবরা

লুচিংবদু মাঙখ্রবদা, শিখ্রবদা

নহাক লুচিংবা ওইবা ঙমদৌরিবরা

মীনম্বা নত্তবা লুচিংবা

হুরানবা নত্তবা লুচিংবা ॥

নহাক্কী নথৌনা, নহাক্কী নরিংজেল

অরেম্বদা মাঙখিনি, কান্নদবদা লোইখিনি

সিফাইগী খূৎফু অমুক্তা

মী ঙাওবনি, মীনা মী মাল্লক্তবনি ॥

ইরৈবাক্কীদমক মূন্না খল্লু
ইজাতিগীনমক মূন্না খল্লু ;
অরোনবা লম্বী চৎত্রিঙৈ
মশাক খঙঙু -
চৎকদবা লম্বী মশাক খঙঙু
হান্না চৎকদবা লম্বী মশাক খঙঙু ;
অরোনবা থবক তৌদ্রিঙৈ
মশাক খঙঙু -
লুচিংবা মশাক খঙঙু
হান্না লুচিংবা মশাক খঙঙু ॥

তাং ৩০।৪।০৭ ইং

(১৫)

## অস !

নীপা অসে খূৎচিং অমনি
গপ লৈবা, শেল পায়বা মাল্লি
শোয়দনা মতেক অমদি খাক্লক্লনিদা ঐগী ॥

খন্না খন্না · · · · · · · · · খন্না খন্না
নীংশিংলকপা লোইনা নৎত্রগসু খর -
কাঙখল মনুংদা চিংলে ইমানা ফায়
কাচিন কোয়াদা চিংলে ইপানা ফায় ;
নোংমসু - 'মৈদু অমুক্তা লৌগে হায়রকই'
ইখন্তা কাঙখল মনুংদা দম লৌরিবৈঙে
খোঞ্জেল হোংনা 'ঐনি' হায়রুবদা
'নঙ ওইরে নপা তাক্কে'বু হায়রকই ॥

খঙহৌ হৌগৎলগা খঙচেন চেনবদা
কাঙখল মরীদু তৎহৌইদা - তৎহৌই
নুমিৎ নিনি মশক উনদে ইপাগা
থৈদুনা লোত্তুনা চৎলবনিনা ॥

ইপাদগী হুরাল্লগা থকই - উনাদগী হেন্দে
ইমাদগী হুরাল্লগা থকই - চেনাদগী হেন্দে ;
ঙসিগীসিদি শোয়দনা অহাউবা ওইগনি
মশা নাল্লি, মতৌ লৈ নিপাসে
মমায় নাল্লি, শুর-নোঙ্গা হিংবা মান্দে
শোয়দনা অহাউবা ওইগনি ॥

মঙক খর খর হাইরকপদা
য়েত্তা নংত্রগা ওইদা
ঐসু লেপকক তৌই ;
য়েত্তা হাইখ্রগা ওইদা য়েংই
ওইদা হাইখ্রগা য়েত্তা য়েংই
ওইনিদা লাপ্নরিবসি খূদুপ কুনমুক্কী ॥

অযুক্কী 'ব্লাকিং' চৎপা শারিবনি ঐসে
মহাক্তি করিগী চৎলিবনো খঙদে
মদু খঙলুবগী মথৌ তাদে
ঐগীদি হুনচেক্লম্বা মখাক্তু খুনবনি
মতুং ইন্নরিবনি খুন্ননবা ঐহাক
য়াম্না লাপথোকপসু য়াদে - মূৎপনা হানখিদনবা ॥

অরোইবা খূৎচিংগা লোয়ননা
মখূৎ য়েৎনা লাক্তুনা লংখিবগী
'চূ' লাউবা খোঞ্জেলদুদা
লেপকক তৌরদুনা খঙহৌদনা হায়দোকখি -
'অস . . . . . . . . . . . . . ' !!

তাং ২৯।৪।০৭ ইং

(৯৬)

## নীংশিং-লম্বী

হো নীংশিং-লম্বী !<br>
মতম অমগী নুংশি-লম্বী<br>
ঙসিগীনা নীংশিং-লম্বী<br>
নহাক্না ওইরি ঐগী পুন্সি<br>
নহাক্না ওইরি ঐগী 'ওটোগ্রাফ'<br>
নহাক্না ইহনবিরি 'ওটোগ্রাফী'<br>
চন্নফমসু খঙলরোইদবা 'ওটোগ্রাফী' ।।

হো নীংশিং-লম্বী !<br>
নহাক্নি ঐহাক্কী পুন্সিগী হৌরকফম<br>
নহাক্নি ঐহাক্কী ৱাখলগী তুংনফম<br>
নহাক্নি ঐহাক্কী পূক্নীংগী পেন্নফম<br>
নহাক্নি ঐহাক্কী থম্মোইগী পোত্থাফম<br>
নহাক্নি ঐহাক্কী নীংজমল-নুংশিমল<br>
মতম অমগী · · · · · · · · মতম অমগী ।।

হো নীংশিং-লম্বী !<br>
নঙোন্দা যাউরিনে -<br>
মিৎলু পিরাং কয়া<br>
মোমোন-মীনোক কয়া<br>
ওইনজখিবা কয়া<br>
ৱারৌজখিবা কয়া<br>
ঐনসু মহাক্নসু ।।

নীংশিং-লম্বী ওইখ্রবা লম্বীসিদা
লৈরাং কয়ানা শাংখিবনি
লৈরাং কয়ানা খুইখিবনি
লৈরাং কয়ানা কেনখিবনি ;
কেনখিবা লৈরাং অমদা
মানা হংখিবা ব্লাহং
ঐনা খুমখিবা পাউখুম
পুম্নমক য়াউরিনে নঙোন্দা
হো নীংশিং-লম্বী নঙোন্দা !!

তাং ১১।৪।০৭ ইং

## (৯৭)

# পুন্সিগী য়েন্নিঙথা

মতম কৌবী লাইরেম্বীনা
শেম্রিবা য়েন্নিঙথাগী ফজবা
ওল্লোক্লা ফজনা শেম্মিদা !!

উপাল বাপাল হৈপাল লৈপাল
অশংবা ফিজোলনা লৈতেংলে
হৈরাং লৈরাং নৌনা লৈশাৎ তমলে
লৌবুক লমহাং কূপ্পরে
অশংবা ফিরাংজীনা য়েন্নিঙথাসিদা ।।

হে পুন্সি ! মীওইবগী পুন্সি !
কৈদৌঙৈ লাক্কনি নঙগী য়েন্নিঙথা
মোমোন নোক্তেনে হে পুন্সি
হিংনা হিংনা শিবগুম উনরে
হিংবগী মহাউ কাউথোক্লখরে
পুন্সিবু করেম্নরি অমনা অমদা
পুন্সিবু শান্নপোৎলা ? পুন্সিবু ফাগিরা ??

পুন্সি !
পুন্সিগী অর্থ, নুন্সিগী য়েন্নিংথা -
লৈফম থোকই পুন্সিগী অর্থ
খঙফম থোকই পুন্সিগী অর্থ
লৈফম থোকই পুন্সিগী য়েন্নিঙথা !
লাকফম থোকই পুন্সিগী য়েন্নিঙথা !
ঙাইহরি কৈদৌঙৈ লাক্কনি
পুন্সিগী য়েন্নিঙথাসে - পুন্সি-পুন্সিনা !!

তাং ২৬।১।০৭ ইং

(১৮)

# কাইথুমফি

অচিকপা মরক্তুদা -
খেঙলবা অমম্বা অহিংগী অচিকপা মরক্তুদা
খেংনরুই ফি মচেৎ অমা
অঙৌবা ফি মচেৎ অমা
লেঙলি লেঙলি তৌরদুনা
ইখোঙনা ইথন্তা হল্লকপদা
অথাপ্পা চীংয়াদগী অখেঙবা অহিংদা ॥

অমম্বদা ফাউখিবা - খজিক খজিক ফাউখিবা
অঙৌবা ফি মচেৎনি
'টোর্চলাইট' অমগী মতেংনা
মপানদু মুদং মুদং তৌরদুনা
চাংদি ইমান-মান্নদনা
মহুৎ মহুৎসু যাওরদুনা ;
করিনো অকিবা অমদি ফাউই
পাযখৎলগা পুখিসিরা ?
যেংলম্লগা থনমসিরা ??

নুংশিৎসু শিৎলক্লি শউম ফাউনা
কন্না কন্না - কিহল্লদুনা ঐবু
অমুক অমুক ফিসিনা লেঙবদা
অনীকপা অমা পীরি
ঐগী থম্মোইদা, পূক্নীংদা, হকচাং-কাযাৎশিংদা ;
করিগীনো ঐবু কিহল্লিবা
কবিসু লৈত্রবা ফি মচেৎসিনা ॥

অসুক পাঙড্রিবা করিগীনো ঐ
খঙ্বা ঙমদে ঐ
কিবনা হাল্লি ঐ
চেম্বক চেম্তক লাকই ঐ
কিতক কিতক খোঙথাং কল্লকই ঐ ॥

অকিবা মরক্তুদা
খঙহৌদে য়ুম য়ৌখিবা ;
খাক খাক লাউনা নোংসু চুবিবা
তূম্বা য়াখিদে অহিং'দুমা
করিনো ইঙ্গিৎসে ঐঙোন্দা পীরিবা !!

অহিংগী ইমানা কৌশিনবিদ্রবদা ঐবু
নীংশিংলকইনে !
থম্বালদো - অয়েকপা মাল্লবী থম্বালদো
খরনি মমাঙদা উনরুবা
কয়াদা কপখিবা ঐবু য়েংলদুনা
কপখিবা নৎতরা ঐসু মাবু য়েংলদুনা
থম্মোই থম্মোই অমতা ওইরি
পূক্লীং পূক্লীং অমত্তা ওইবি
মিৎলু পিরাং শিম্বনরি - ঐগীসু, মাগীসু
পিদুম পিদুমনা লেপ্পা লৈতনা
তিনখিবনি লৈমায়দা অমতা ওইনা ॥

হো ফজরবী নুংশিবী !
ফজরক্তুবদা মাঙখ্রবনে নুংশিবা
ঐগী ওইবা নুংশিবা মাঙোন্দা
চিংনরকইদা ঐ মাবু নুংশিরিবরা ?
নুংশিবগী গুন্না হেল্লিবরা ?
ফজরবীগী ফজরক্তুবগী ইথিন্না হেল্লিবরা ?
চিংবিরি ঐবু গুন অমদি ইথিন্না
নাকন নাকনদগী শাফু কন্না
ফিরেপনা করিনো ঐগী
খঙলিবরা ঐ ? হো খঙলিবরা ঐ ??

নাহেরবীনি অয়ো ফাওনা
অনাবীনি চৈফম চুম্না নারবী
ঐগী থমচেৎ কুম্রবী থম্বালসে
লৈনাশিং খুইথখ্রবরনে ?
লৈমন চনখিগদৌরবরনে ??

মওল মওল খলহল্লি ঐবু
শিঙ্গরি পিরাং নৌহৌনা অহিংসিদা
ঙসিগী অচিকপা অহিংসিদা ;
অমুকসু মওল মওল খলহল্লি ঐবু
অঙৌবা ফি মচেৎ অদুনা
তাহৌবদো তুরেল মপাল লম্বী মচীনদুদা
লৈরক মচীন হায়জিল্লমদাইগী ॥

লেপখ্রে কল্লবা নোংজুসু
লেপখ্রে য়াক্লবা খাক-লাউবসু
চৎলুসিরা ঐবু
তুরেল মপান তান্না ;
য়েংলুসিরা ঐবু
ফি মচেৎতু অমুক হন্না ;
হৌদোকলুসিরা ঐবু
মখারোম 'ইতাউচা'দো চৎমিন্নবা পূন্না ॥

খন্না খন্না . . . . . . . . . .
খন্না খন্না . . . . . . . . . .

ঐ তূমথখ্রববা ??

'মুতুম তাধনগী মচানুপীদু শিরেয়ে
নুঙাইতেদা ইবুংঙোদু খর হৌদোকপিয়ুনেহে'
মিৎকপ খঙথোক থোকই ঐ !
মিৎ খঙশিং-শিংই ঐ !!

তারিবদু চুম্লমলে - ঐগী থম্বালনি !
থমচেৎ ওনখ্রে !
লৈনা য়াওরমদ্রে !
লৈমন চনখ্রে ;
মোংফমদা ঐ উরুরে
পুম্নমক - মাগী পুম্নমক !!

অদুমক তাদুনা লৈরম্মী -
অঙৌবা ফি মচেৎতু চোৎলি চোৎলি
চুখিবা নোংনা ফাজিল্লদুনা
লৈরক মচিন্দা লৈঙৌই তৈরদুনা
পায়খত্তুনা য়েংলি ফিমচেৎতু ॥

মানি কাইখুমখিনি - কাইখুমফি !
ফজরম্বী - চৎথ্রবী থম্বালগী
থোৎলবী অচাইবা লৈনাগী
চাকপা লোইহৌদ্রবা কাইখুমফি !!

তাং ৩০।৪।০৭ ইং

(৯৯)

## মৈরি-মৈশা

লম্মৈগী মৈরি-মৈশা নত্তে য়ৌরক্লিবদো
মৈরিনি পেঞ্জহৌদ্রবা পূক্লীং অমগী ;
কোরৌগী মশেক নত্তে শারিবদো
মৈশানি নীংঙমহৈদ্রবা থম্মোই অমগী ॥

শরৎকী থাবলনা কূপ্পবা মায়থোঙদা
অঙৌবা লৈচিলগুম উরিবা মঙালনা
নুরাগী পূক্লীং তত্তনা হুখিবা
নীংশিংলুরনু পুম্নমক অরেম্বদা তারনি ॥

ওলাংথাগী মহূ-পুরবা থাবলদা
শমজিরৈনা শমজিগী লৈতেং ওইরদুনা
নথন্তা তূমিন-চিক্লা ফম্লদুনা
নুংওল্লুরনু হল্লম্লরোই অমুক হন্না ॥

য়াওল্লক্লিবা পুন্সিগী অনৌবা ঈচেলদা
নীংঙমদবগী হিনাউ তোংদুনা
পাম্মূ-নৌরেন পায়না হোল্লদুনা
তাউথরুরনু হৌখ্রবা মঙলান কয়াদা ॥

তাং ৭।৩।৮৮ ইং

## (১০০)
# শোঞ্জুরবা শান্নরোয়

অফবা শান্নরোয়নি নহাক
মরমদি নহাক্লা শান্নরি
ঐগী পূক্নীংগী শান্নবুংদা ॥

অচৌবা হুরানবনি নহাক
মরমদি নহাক্লা হুবিখ্রে
ঐগী চমজরবা থম্মোইবুসু ॥



শোঞ্জুরবা শান্নরোয়নি ঐহাক
মরমদি ঐহাক্লা শোকপা ঙমদে
মতম লৈবা খিবিক্তা নহাকপু ॥

শোঞ্জুরবা শান্নরোয়নি ঐহাক
মরমদি ঐহাক্লা য়ৌবা ঙমদে
পম্বুং ওইনা থম্লিবা নহাকপু ॥

শোঞ্জুরবা শান্নরোয়নি ঐহাক
মরমদি ঐহাক্লা মায়থীবা পীবা ঙমদে
পুন্সিগী শান্নবূংদা নহাকপু ॥

শোঞ্জুরবা শান্নরোয়নি ঐহাক
মরমদি ঐহাক্লা হুরানবা ঙমদে
নহাক্কী থম্মোইবু – 'হুরানবা' কৌবা মশান্নদা ॥

তাং ৭।৫।০৭ ইং

## ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুরগী পুথোকখ্রবা লাইরিকশিং

| সে: নং: | লাইরিক্কী মমীং/ মখল | ফোঙবা তাবিক | অইবা/অইবী/এদিতব |
|---|---|---|---|
| *১। | চেঙ্গুরকপা শৈরেংগী ঈচেল (শৈরেং) | ১৬/১২/০২ | কেশো সিংহ ইবেংবা |
| ২। | মৈরা পরেংগী থাওমৈ (শৈরেং) | ১৬/১০/০৩ | লৈশাংথেম ইবেয়াইমা |
| ৩। | মঙাল অমত্তং (শৈরেং) | ২৩/০২/০৪ | শগোলসেম বিলাশিনি |
| ৪। | ঙানু থঙ্গোংনা পাইখ্রবদা (রাবি মচা) | ০৩/১০/০৪ | জাতিশ্বর সৌরাম |
| ৫। | ইমাগী খোঞ্জেল (খোমজিনবা শৈরেং) | ০৩/১০/০৪ | কেশো সিংহ ইবেংবা |
| ৬। | মৌ ষ্ট্রাইক (প্লে) | ০৩/১০/০৪ | শগোলশেম মোহেন্দ্রো |
| ৭। | লৈবগে কদায়দা (শৈরেং) | ২১/১১/০৪ | রাজেন খুমুকচম |
| ৮। | Entrepreneurship Devt. (Gd. Bk) | 11/04/05 | R.K.Gunachandra |
| ৯। | নুংশি শক্তম (শৈরেং) | ১২/০৬/০৫ | রাবিরম মৈনো সিংহ |
| ১০। | মচু মচুগী সংসার (রাবী মচা) | ০১/০৯/০৫ | রাজেন খুমুকচম |
| ১১। | হৈরাং লৈরাং চীংগী লৈসিরওন (প্লে) | ০১/০১/০৬ | হিজম শান্তিবালা দেবী |
| ১২। | লান খাম্মু ইমা (শৈরেং) | ১৪/০১/০৬ | তোঙ্গম সরোজিনি চনু |
| ১৩। | লৈচন (শৈরেং) | ০৪/০৬/০৬ | বাবুধন চিংঙাখম |
| ১৪। | তেংথারোল (শৈরেং) | ০২/০৭/০৬ | জে : এস : কোন্সম |
| ১৫। | অমুবা ফি গী আনোক (রাবী মচা) | ০৮/১০/০৬ | জে : এস : কোন্সম |
| ১৬। | অচাইবা লৈ (শৈরেং) | জুন, ২০০৭ | জে : এস : কোন্সম |
| ১৭। | তুরেল্রেদনা উজ্জাউসে (শৈরেং) | আগষ্ট, ২০০৭ | জে : এস : কোন্সম |

*১। ইমাখোল লিংখৎত্রিঙৈদা ফোঙখিবা লাইবিক ওইববসু ইমাখোলবু পোকহল্লীখিবা অমদি ইমাখোলগীদমক্তা কংথোক্লবা লাইবিক্তি লৌজদুনা ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুবগী লিষ্টতা হাপচিঞ্জবনি।

--ইমাখোল